

Cover Design : শ্রীথোইদিংজম চোৱী সিংহ ( খাগেমপল্লি )



ব্লোক শাবা : Imags Graphic এলাংবম লেকাই, ইম্ফাল।

অহানবা কোঙবা : Christmas Eve 1992

কোপি মশিং : ১০০০

মমল : লুপা ২০/-

নম্ফম : আর এম প্রেস, ( পাওনা বাজার ইম্ফাল )।

# খোমজিনবা য়াহৈ খরদং

## I

অঙাং ওইরিভৈদগী, করিগুম্বা তাঙ্গাদসু, পুথ্রি অচৌবা মপান্দা নুমিদাংরাইদা—পাথ্রা লুখ্রা থম্না হৌরম্মী লমজাও লমহাং থম্না—লৈরাংগী শিংদসু চন্দনা শিঙেলগী কাদসু তমদনা—"লৈকম লৈত্রবা সোরোকী উকলগুম" পল্লকপম্থু য়াম্লরকপম্থু খোংগ্রাওদা, কৈজোমগী ফিজি ফিনাদা কাওরো ভায়বমক য়াখিদে থম্মোইদা। মী কুংলবা সহর টাউন্দসু য়াখলসিগী অপিকপা কা লৈবমই। অচিকপা উখোংদা লেপখিবা তুবেলগী গোর্বান লম্বী উবগা থম্মোইদা হরাওজখিবা অমম্থুং কপ্পিংখিবা; লৈত-লাইরগী চাওখৎলবা কোল কারখানাগী, হিংবগী মৈথু মৈশারক্তসু অচিকপা অসিগী মিংঙমদবসু নাথৈহুনা লৈরি।

শজিবুগী হৌগৎলকপদা লম্বীগী চিদায়দা—খোঙ্গম মেলৈনা অশংবা তোমাল কৈরাথক্তা থম্না শাৎলম্বা উরুবদা ইখোং থাংবা ঙমখিদে। ভুম্থোকপনি, হৌনবা হৌনদবা থংখিদে চায়া পিয়ু হারজরুই শাৎলিবা লৈবু!

অমনবা চে-চাং খিরুবদা মমাংডৈ মতমহুদা ইহুনা শাম্নখিবা য়ারেং শৈরেং থরসি তাহুনা লৈরমই, শেগায়হুনা খরম্থু মাংহনখি। অহুবু পাম্মুরকপদগী লাইরিক মচা অমা ওইনা কোংদোকচবনি।

লমন তোনশিঞ্জরিবা :

ইয়াম্বা শ্রী থোইদিংজম তোম্বী সিংহ, লাইরিক্কী মখুন নুংশিনা য়েকপিরিবা, অমসুং পোকমিন্নবা ইনাও শ্রী অরিবম ঘনশ্যাম শর্ম্মা শেলগী ভার তেংবাংবিদিবা—মখোইগী মপান্না লাইরিকসি অসুম্না পুথোকচখিবনি। করিনা লমন শিংগনি ? ঈশ্বরনা মখোইগী পুন্সি নুংশাংবা অমসুং শান্তি পিনবীসনু !

Imphal,
Novembr, 1992

অরিবম ব্রজমনি শর্ম্মা।

II

## The Dedication

নোর্থ বাহার হিলসগী
মাহুমগী চিঙোলদা
অচিকপা থিদুনতা
নিংঙাইদনা য়াতাপ্রবা
দাদা ৺বীরেন—দাদাগী কাওতমজবা স্মৃতিদা
কংচ্ছেরি অমুক টৌরবা কংদনা।

—শ্রীব্রজমনি শর্ম্মা
ইম্ফাল।

---

৺শ্রী বীরেন্দ্রকুমার মুখার্জ্জী

II।

তক্তনা নিংশিংলিবা—
মোনো, মোনিকা, রঞ্জিতা
নখোইগীদমক।

# হিরম লামায়


| মশিং হিরম | | লামাই |
|---|---|---|
| ১ | খোমজিনবা রাহৈ খরদং | I |
| ২ | The Dedication | II |
| ৩ | নখোইগীদমক | III |
| ৪ | ইংবনা কমজিল্লবা খুমিদাংশাই | — ১ |
| ৫ | পাঁমজবা সৈরাং খুংশিবী লৈরাং | — ৫ |
| ৬ | লংনা চংখিনি অহিংদনি | — ৬ |
| ৭ | অমম্বা অহিংদা | — ৭ |
| ৮ | শিরব, মতুংদা নহাক (খরাই) কদায়দা চংপগে ? | — ৮ |
| ৯ | কবিগী উরবি : | — ১৭ |
| ১০ | খংহৌনা শিবগী তাবিখ খঙবদা | — ১৮ |
| ১১ | ছই অমম্বুং খোঙনিং | — ১৯ |
| ১২ | লৈকাইগী ইচেম ইনেমশিংদি | — ২০ |
| ১৩ | মংসিবু কবিনে ? | — ২১ |
| ১৪ | জুলাইগী তাবিক ১২ | — ২২ |
| ১৫ | ইবেম্মা নংসু শিখ্রগা | — ৩১ |
| ১৬ | নুংশিবী অইংবা নুমিৎশিংদা | — ৩২ |
| ১৭ | ডাক্তরগী রু রোলদো নংনা ফম্নুদা হিপতৈদগী | - ৩৩ |
| ১৮ | ইগে কুইরবা শৈরেং | — ৩৫ |
| ১৯ | লাকখো নরৈকাইদা | — ৩৬ |
| ২০ | ওইবিয়ু নংনা মপোক অমদা | — ৩৮ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২১ | তাইবঙপানগী নংঙাইবা | — | ৩৯ |
| ২২ | অসিদগী হেন্না পংবা করিনো ? | — | ৪৩ |
| ২৩ | খোইনিং | — | ৪৫ |
| ২৪ | দুর্গা পুজানা লাকপদা | — | ৪৬ |
| ২৫ | অসিদগী হেন্না ফজবা কদায়দা লৈরিবগে ? | — | ৪৭ |
| ২৬ | শ্রীশ্রী বৃন্দাবন | — | ৪৮ |
| ২৭ | কাইরেনগী অহিং | — | ৫৩ |
| ২৮ | নুংশিবী গুমাংগী মালিকা | — | ৫৫ |
| ২৯ | কৎত্রবা লাই হিংচাবশিংনা ফুবদা | — | ৫৬ |
| ৩০ | কোকিলগী খোঞ্জেলসু অশোংবা নারক্কগী | — | ৫৭ |
| ৩১ | সনা চহি অহুমগী খুৎশু-খুৎলায় উপু | — | ৫৮ |
| ৩২ | অনৌবা নোং য়েংলুরগা রাধা | — | ৬৮ |
| ৩৩ | ঙাইহাক্তংদি ঐ করিমতা খল্লুদ্রে | — | ৬৯ |
| ৩৪ | পোম্বী | — | ৭০ |
| ৩৫ | পুন্সিসিনা কেমসক্লবদা | — | ৭১ |
| ৩৬ | হুমনি পানবা থাজ | — | ৭২ |
| ৩৭ | ইতৈমাগী টেলিগ্রাম | — | ৭৩ |
| ৩৮ | চেকলোল নাইনা চনশিনখ্রবা | — | ৮৩ |
| ৩৯ | কালেনথাগী মুমিদাংরাইদা | — | ৮৭ |
| ৪০ | ঝাল মাংগং পায়বা লাইশিংনা | — | ৮৮ |
| ৪১ | বরাক্তা হি হোল্লুবা | — | ৯১ |
| ৪২ | ওইজগে খাইদগী লাইবকফবা | — | ৯২ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪৩ | ইরৈকাইগী মিস্ত্রিশিং | — | ৯৩ |
| ৪৪ | শিরবা লেমলৈবু নারবা হংলুই | — | ৯৪ |
| ৪৫ | চেল্লসনু নোংখাংগী ভারদা | — | ৯৫ |
| ৪৬ | চাক্লবা কালেনগী মৈশা | — | ৯৬ |
| ৪৭ | নহালমুকী মপোক্লরা ? | — | ৯৮ |
| ৪৮ | ওলাংথাগী লৈরাং | — | ১০০ |
| ৪৯ | স্টেট মেকানাইজ ফার্মদা | — | ১০২ |
| ৫০ | পুবিযু ঐবু লৈপী দোলাইদা | — | ১০৩ |
| ৫১ | শকউ সন্ধ্যাগৌবিগী ঈশৈদো | — | ১০৫ |

—:(O):—

# ইংবনা ফমজিল্লবা নুমিদাংল্লাই

'Chara ami—
Para ami'

ইংবনা কমজিল্লরা
তুরেল খোঙনুংদা—
শংবাম্নবা কাওরেল শল্লুপনা
শজিক থিবগুম
নুমিদাংল্লাইরমদা
চিকপনা মথন্তা ঙাইরবগুম,
চহি হৌরকপগী নুমিৎচুপ্পা ১
অরেম্বদা থিরমই
কদাইদা লৈ থিরমই
হাংজগে হোৎনরমই
লোনশিনল্লবা খোংসে
খঙথিজবা ল্লাইহেসে
অরেম্বদা থিরমই

ঐহাক্কি করিস্নু ল্লাৎলমদে,
খাইদগী ইনাকখুনবা ঐহাক—
ঐগী অচৌবা ডাইরি বুক ১,
ফাউণ্টেনপেন ৩, বোলপেন ১

অচৌবা জেকেট ........
ঐগী অরাৎপা অমতা লৈতে
খাইদগী মুংঙাইবা মী ১—
নিংতমলবা মী।

অরাৎপা অমতংদি
ছিত্র অমখক্তদি
শানৌ লেঙ্গা অমতা
ঐগী মরূপ লৈতে,
ব্রহ্মা নোংদম্বদা রাকৎলগদি
ঐগী মরূপ লৈতে হায়রমগনি

ওহ! খংনখিবা মরূপ
লৈরমই,
১, ২, ৩ নত্তে
খঙনরুবা মখোই লোইনা
তুমিন তুমিন লৈখ্রে,
অশিবা তারাগুম
লৈবাক মমুংদা ফুমজিনগ্রবা,
মখোইবু কনানসু কৌদ্রে,
কনানসু হোৌরুদ্রে,
কনাসু উদ্রে,
মখোই লোইনা শিরবনি;

লৈচিনগী চুত্তি লৈত্রে
মীরমলেন্দগী লাইরমলেন্দা
চুংশি পাও থানবা স্বর্গদগী পৃথিবীদা
পৃথিবীদগী স্বর্গদা
করম্না কৌগনি এনা
তশেংনা খুমলক্কনি থম্না,
ওহ, বিধিদি য়াম্না তৈম্ন–ওম্নরমই,
ঐহাক কিক্ষম থোকই
মাইল মাইল মাইল
অহাংবা নোংদোল
মরূপ লেঙ্গা অমতা
ঐনা উররোই
থম্মোইগী লমদি তশেংনা থাপত্রে।
মীকোক খুদিংমক্তি
ঐগীদি 'মরূপ' হায়না পারি,
থম্মোইগীদি 'চান্নবা',
'ওন্না কেনগ্রবা' হায়না
ময়েক শেৎতোক্লা থম্মোইনা
পারী মীকোক খুদিংমক্তা।
কমা অমতা কৌরক্কে
অথৌবা, লৈগুম কেনগ্রবা—
শিরবা।

য়ুমথোং খুদিং
হরি মন্দির—
মন্দির ১ দগী মন্দির ১
কপ্পা কপ্পা চৎলমই
নিকুঞ্জবন, রাধাবাগ
গোবর্দ্ধন তময়া
কপ্পা কপ্পা থিরমই
শাংলবা মাইল
শাংলবা ক্রোশ
লম্বীদা অশিবা
লম্বীদা অহল ওইরকপা
লম্বীদা চাকনিবা
মখোই নৌহৌনা উররোইদবনি,
চৎপা হৌখ্রবনি
অতাম্বা খোঞ্জেল কৌরম্বনি,
ঐনা মুংশিরম্বনি, ঐগী মুংশিজরম্বনি,
অপাকপা লাইপক .......
শাংলবা কোই ........
মখোই অদু কায়নহৌরবা রানি
খংনরম্বা মরুপনি ।

"প্রশয় দিলে, মাঠায় ওঠে
সমাদরে করলে, খোসা মোদ ভাবে................'

# পামজবা লৈরাং নুংশিবী লৈরাং

পামজবা লৈরাং নুংশিবী লৈরাং
শাংলরো শাংলরোইদ্রা লৈকোয়নুংদা ?
বসন্ত লাকপরা নিংথম লাকপরা
মোংবা উরিংনা জুবাকুসুম চুপলরে ।
নিংঙমদবা মায়থোং য়েংনা য়েংনা
নুংশাগী মৈশা নেমশিল্লকলে
নিল-খোঙলম্বা চেনখ্রনি ঙাইয়ু।
নিংঙমজ্রবা মতমগী তুং ইল্লবদি
থংহৌদ্রে নাথেখিবা মিংন কুপলিডৈদা ।

—:(O):—

# নংনা চুংখিবদি অহিংদনি

নংনা চুংখিবদি অহিংদনি।
লোইবী চিংখোলনা পল্লোন খারিঙৈ
অশংবা অতিয়ানা ফিজং খল্লিঙৈ
য়ুম্মদা মায় ওন্দুনসু
নোংদোন থরান য়েংত্থুনসু
ঙমখিদ্রে মিকুপ্তা নাম্থোকখিবদি।
নংনা পম্থোগী তুংইনখিবদি
লোইবী চিংলোল লানখ্রে।

The 31th Dec. 1975

---

## অমম্মা অহিংদা

ইবেম্মা, তাম্মা পাইবা লাম্মে ঙইরেনে নংনা
লমহাংনরবা ঐগী পুন্সি অহিংসে।
কুইখ্রবা রাস্নি মচেং মচেংনা ঙইরব্নি অহিংগী তম্দল—
অমুক মুংখি অমুক ওাল্লি
অমুক মাংখি অমুক উন্নি
নোংঙাল্লবা পুন্সি লমশাংসে।
অমম্বা তাংলোসিদা রাখলগী মন্নিস্নু মুংকে লাক্নব্নি
মুন্না য়েংলুবদা তোরৈ হুঙ্গংনা
খংনখ্রব্নি খল্লুনা -অমম্বা ভুম্নেল খোঙনুংদা

ও: কাওখ্রবনি কাওখ্রবনি কাওখ্রবনি—
মিং কুপ্পবতা মঙাইরে নিংশিংবা মমিদি শামখ্রে
মম্না ঙুক ঙুববা লমজাওকোন্দা
শকলাকপা ঙমদ্রবা হকচাংনা
লৈহৌরে অমুবা শকলোন লোহ্নুনা

Gosta Astami, 1975

---

# শিৰবা মতুংদা নহাক (থৱাই) কদাইঁদা চৎপগে ?

ঐদি ঙসাই—October গী নুংশা লাংবা অয়ুক্তা শিদুনা পোৎলোইরবনি—তুরেল অচৌবা মপান্দা লৈঙোই মথক্তা; ঐগীদমক্তি কপ্পিনবা তেংথাবিনবা লৈরমদে; ইমাসু ইপাসু ঙম্না চৎখিবা খংহৌদ্রে। "পাম্মুবা নহাক চৎখিবা য়ারোই", "ঐবু থাদোক্তনা ঐন্তা লেংবীখিবা য়ারোই" হায়দুনা কনান খাম্বিগনি। থজিক্তংবু খাম্বিরমলবদি থৱাইসিদি থক চৎলম-খিরোই, পৃথিবীগা ঐগা তাঞ্জাসিদা খাইনরমখিরোই অদুবু য়াখিদরে লাইবকনা তমলমদরে।

অঙাং-নুবী স্কুল কারকপা কারকপী, মরুপ-মপাং ওফিস কারকপা খুদিং কু মথক্তা হিপতুনা পোৎলোইরিবা ঐগী কুম্মেদা চাওরপ চাওরপ মুশুক মুশুক য়েংশিল্লমই, ও : মমাংঙৈগী হিংবগা হোজিক্কী শিবগা ওন্থোক্লা য়াম্না খেন্নখরে ! ঐঙোন্দা য়েংশিল্লম্বা মরুপশিং খংনরম্বশিং অহল লমনশিং বার্ত্তন কংদনা কৌবগুম থুনা চৎনখি মাগী মাগী মথৌদা; ওন্থোকই নুংশিজবা অমত্তসু মাইয়োক্নবা কংদে। কনা অমতসু ঐবু হল্লকউ হায়দে; সুপ্নগী মী—নুপা নুপী অবথক্তনা 'হল্লকউ' হায়বিরমলবদি ঐগী থৱাই হল্লকখিবা য়ারম্বনি। কনা অমতা হায়বিরক্তে। মতমকুইনা লেপলকলবা চহি খুদিংগী হয়াওবা লাইরেম্বীগী লাইশং তুমিন্ন (অদুমক) লৈহৌই ঐগী পুং মাংগং য়ৈহুনা ইমুংদগী

পুথোয়রোকপদা; লৈহৌই জগবন্ধুগী মন্দির — শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দজী'গী মন্দির; ঐ মাগী মনাক্তা অয়েংইবা চৎলিবনি; কৌবিরক্লবদা চৎলবনি।

খ্বাইদগী লাইবকথিব অমনা ঐনা শিবিবশি ঐগী লুহোংবা মতুং মুমিৎ হুমনি শুবগী অঙক্তনি। ঐনি মতম কুইনম্নু মুগী থিরক্রে; চহিনা নম্লবা নিংহন্নরকলবা মতমদা ঐগী লুহোংবা থোকখি। খংনা চানবমা খাই হেক্তা ম,ংখি, মথোয়গা ঐগা লম্বী হেক্ত ওন্নখি। 'মুংশিবা হায়বত্রুব্ কমিনো, ঐ হৌজিক কাওবা খল্লুবনি—করম্ন; কংবগে খঙবা ঙমদ্রে। চহি অহুক কুইনা হিংসকপদগী ঐহাক কবিমতা খংলক্ত। করিমতা তমলক্তে।

স্বর্গগী লম্বিসিদি মওং অমনি। থরাই খুদিংমক্কী পুল্লপ খুন্দ লৈতামিন্নরমগত্র। খল্লুবদি নৎলনত্রে; য়াম্না চোইনা চোইনা তারমলে—স্বর্গ লৈকোল কোমুংমক্কী রাদি নত্তে; কোম্নুং য়ৌনবা লম্বীত্রনি মসিদি—য়াম্না রাংলি, য়াম্না রাংলি। শংলি মাল্লিবা মুরপ মুরপ পাক চাওবা থেকখোইবা উমংমকস্নু নত্তবদা লৈতা খুন্দাবা মসিনা শিরবা মতুংগী থরাইশিংগী মরানয়াইশিংগী থোঙ্গদোকপা মশকনি। অচিকপা স্বর্গগী লম্বীসিদা ঐগী খ্বাইদগী পুক্নিং নুংশিনা মুংঙাইজবা অহানবমক্তি নোর্থ কাছার হিলসকী মাহুরগী চিঙ্গোলদা তাকলমদনা য়াতাখ্রবা দাদা ৺শ্রী বীরেন লৈরম্বনি; দাদানা নোংমদি তাকপীখি—"ইবুংঙো, ইয়াম্বগী হায়গী মপোক অহু য়োবা ঙমদরে, থাক য়াম্না হস্করেদ্রা।" কর্ম্ম কবা হায়বহু হন্নিগী থোজালনস্থ নৎতত্রা? কপ্পিংখি, দাদাস্থ লোম্না হায়ক্ষেৎ কপখি।

হন্দক ঐগী লুহোংবা হুমিৎ হুম্নিদা শুবদা চাক্লোবগা য়াও-হন্দনা মাগী রাখলগা কাওহন্দুনা খেংনা থিবা লুহোংবস্মু ওঈরবা পুন্সিদা অমুক্ত। থোকপা—মতোং অমস্মুং মহাওগী রাখল থা-দোকলবা মতমদা মতম চাদ্রবা লুহোংবদা ( মতুংসিদা ) ঐগী থরাইনা চৎলরিবস্মু দাদান লাক্তুনা হৌরে। দাদানবু থবক অমা চৎলুসি কোইরুশি য়েংলুসি তারুসি হায়রবদা ঐগী থরাইদি হান্নরা হরাওজবমক্রা পাইথোকখি। 'চান্নবা কনানো' শিরমদাইদা হৌররিবতুনি। তাইবঙপালদা রাহৌরবী ইতৈমা প্রভা অমস্মুং পিকহৌরিবা অঙাং বিনয়গী রাদি খনবু খল্লদে; দাদাস্মু নোং-মতবু পল্লকখিদে—খংনখিদবা-লৈত্রবা মীগুম। অসিবু করি-গীনো খঙদে। ঐগী লুহোংবস্মু পুক্রিং ওস্তোক্রা মুংশিখ্রে, ওস্তোক্রা মুংঙাইখিদ্রে, ওস্তোক্রা পেনখিদ্রে। ঐনা অঙাং ওই-রিঙৈদগী হৌমিন-কামিন্নবী. কুইনা তিন্ন-তোৎনরকপদগী অমতা ওইরবীশিংতুদি অমমম অনি'নি চৎখি, ঐঙোন্দা অমতা তাক লমদে মখোইগী লুহোংসমদায়দা মখোইগী ময়ুম পাল্লমদায়দা। অতুবু অশি লৈবাকসিদা হান্নরা খোঙশানখ্রবী—অহানবা অঙাং উন্নবদা নাওয়েক কংতুনা শিখ্রবী মাধুরীদি লৈরমদ্রে—করম্বা মকমদা চৎখ্রবা কনানা খংগনি? পৃথিবীদগী মী লখা লখা শিমরি কনানা কনাগা লৈক্ম তিন্নরুগনি? ওস্তোকই অশিবা লৈপাক!

ইনথৎলকপা মী-লাই কিক্রিঙৈ মতমদা ঙাওখিবা মকম—War Cemetry কয়াদা ঙকখিবা, উজাও উতোন্দগী মকু মচা কারগা কৈ মচাদ। পিজখিবা—লাইওইরবা কিনরবা উগী উকু ককলুবা, থোংলবী নুপীশিংগী মশা শোক্লিংনা হুরান্দুনা

শোকলুবা —ঐগী থরাইনা মথং মথং নোট তৌরম্লি; মখোইশিং অদুগী শক্তিনা ইনলকপা মকমদা থরাইনা তারুবা মকমদু ঐগী লৈকম্লি। হে থরাই, নহাক মুংনাংগমু, মসি নংগী চপ চাবা খুদোলনি — "Egypt is the gift of the Nile"— পিক্লিংঙদগী geography দা তমখিবদাই। ঈশ্বরনা থোকলিবা খুদিংমক ঐখোই খুদিংমক্কী হেক কনবা শিনবনি; পারাদা তাক-শ্রবনি, হন্না হন্না ঔরাইশ্রবনি।

লুহোংবদু তনাহোং হোংবনি। হায়ন-শিংনদুনা রারোইপোৎ পুত্তন চাগ্না শকউগ্রদুনা লুহোংবদি তম্লমম্রে। ঐগা কাবক শাবক তিন্ন-তোংনদুনা কোয়মিন্নবা মরুপ অমনা শিনবনি, ঐগীদমক কনবনি হায়দুনা লোম্না। খুদোং চাখিদবদা তনহোং হোংবদগী নাম্ফোকপা য়াখিদরে। "ও : পাম্মুইদা পুন্সি, নাতে চাদবা থরাইনা লৈভাদবা থবক ঙাক্তা থোকখিদা, পুক্লিংনা তুমিন্না শোনখি। অদুবু ঐগী অরেপ্পা অমদি মহৌশাদগী লৈজে। তৌত্রিঙৈদি তৌত্রিঙৈনি, অদু ঙাইদনা, ঐহাক কৈদৌ-ঙৈদসু চেল্লাই; তম্নরিবা থোদোক খুদিংমক ঐগী চপচাবা কংজমন্নি খংদুনা লৌশিনবা তারে। অদুনা ঐগী লাইবক্তা মহাক্না লোম্না লোম্না শিলমল্লিবা ঐগী লুহোংবগী বড় কান কম্বদা পুক্লিং শান্তি লৈতনা কম্ব তাখি। অথম্নবা বেলপার্টি— বেগপাইপ থোংবগী রাদি থমখিশি, অকংবা অমা হেক্তা কোই-রাক লাক কোইচেন চেন তৌখিবনি। ইখুৎতা কংবা শেল থরা, অহল-লমন থাজনিংঙাই ইরৈ লৈতনা মরুপ খব্দলা,—

ঐগীদমক কনানা চেনবিগনি। হেনৌ মনানা কাবক কাবক য়োম্বা, শুমাঙগী বৃনাদেবী মখোংদা ফমলিবা ঘোট চক্রগী মাগা ঐগগী পুন্সি লৈপুনগী মঙ্গল, লৈবাকমচা খুদিংমক্তা পিবী- বগুম ঐখোয় অনিদস্থু পিবীবমগনি থাজখিদে। ইকোক্তা য়েৎ- লিবা অঙৌবা পাইবক্কী. কোইয়েৎতু হুমত্রাক হুমত্রাক হুমং ইশৌ শৌখি। ভাবক খুজোক অহুনা ঐবু কবি হায়বিগনা অহুস্থু খংখিদে।

ইমা লৈরিঙৈদা, ঐখোই ইচিল ইনাও মযামগী অরাপা পোৎলুম পুবদা ফিভম কায়খৎবী ইমানা রামন্দুনা ঐগী হুপা থিনবা মং কয়া ইমাদি মংখিবনি। অমমম অনি নি হায়রক্ত রুবা হংজরুবদা ঐগী লুহোংবা য়াবস্থনি মতম চানা খোইদানা। অহুবু লিশাংশিংপা ফিভম অমস্থুং মতম শিং অহুদি য়ায়া অকিবগী মশক্কি। ঐখোয় ইমুংগী য়ুমলৈ কৈরৈগী ফিভম, হকচাংগী, নিংবা থুংদবা, তুরৈ-ইরৈ চেনবা, ভিনজেন লাইচেনব, থবক খুদিংমক্তা দায় য়াদবা ঙসি কাওবা মী ওইদবা মতৌ অসিনগী করিস্থু অহোঙবা লৈখিদে। লুহোংবা য়ুম পানবগী রা হৌ- দোকললকপদা হেন্না নিংবা কায়নিংঙাইনি; পৃথিবীদা মুংঙাইবা পাম্নবা কানা লৈবগে? ঐগীস্থু থরায়সিনা মুংঙাইবা থিজ খিবনি; ঙাইজখিবনি কয়া কুইনা ম্লাঙহুনা, অহুবু য়াখিদবদগী মহুগী রাখলহুনা, হমথিবা এটোম বোমগী মশক লোহুনা ঐগী পিকল্লুবা কোক্তি cell মনুংদা অঙকপা কংনা হৈথরকখি। অহুনা ঐনা হিরম অসিদগী হন্দোক্তুনা লৈখিবনি। পুক্লিংদা হেকমক

খল্লুবা হায়ববু লম্বোইজবগে অসিনি। অদুস্নু, পৃথিবীগী এন্নবা মরুপ মশক খঙদ্রিবা ইচিল ইনাওশিং ভন্দোক্কুনা চিববা মতমদা মখোযবু শেনবমদনা চংখোকখিবা ঐগী অরাবা কোক্লনবগীদমক খন্দুনা—মসিস্নু ধর্ম্ম নত্তে খনখি, কনাগুম্বা অমতবু, কবিগুম্বা অমতবু থাঙ্গশেংবমক শেংনা হেক থাদোকপা ঙমজদে, থাদোকপবু (ত্যাগ) ঙমদ্রবদি কবন্ন লম্বোইগনি?

লাপনা লৈথ্রবী ইচলনস্নু ঐগী লুহোংনবগীদমক মঙোন্দা পাওমেল্লকপা কয়া মমাংঙৈদা ইমাগা তাখি, অহুবু ময়ামনা চংনবিবা রাখল অসোমন। ঐগী রাখল হাংখিবনা কদিস্নু কাম্নখিদ্রে। ইকুই নুংখিদ্রিঙৈদস্নু লৈকাংগী ইচে ইনেমশিন ওঝা ওইবী লৈশাবী অমা ঐগীদমক শিংনবিবা। মতাক্তি কুচু পানল, রই, মযাই ওইবপ তীবি শাবান্নি—ঐনা থওইনা চংতুনা য়লুবা নত্তে, লখীদা উদিবনি, অহুস্নু অদুগী অহু মঙাই—ঐনা ফভম চাত্রবদা কনানা ঙা-থেলগনি, থেবা য়াত্রমাল্লে, তুমিন তুমিন লেনখি খবা খব লানবমলগা। হায়বিবা শক-হেনবীশিং অসি ঐনা মতীক চনবদগী মমায় ওনখিবা ঙাক্তনি; মনাগী থম্বাল (তুবেলদা) তাওথবকপবু খুন্দুনা ওন্নবগী পাঙ্গল লৈখিদে। ঐ অমতা পামজখিদ্রে। ইথস্তা ঙাইবিঙৈদা অস্নুক মৈশা ফংনা রাবগা মীগী মচা মবাল লৈজনবী মানা তৌরগদব। ফিভম, অমুক হেন্নঃ মৈশাশিদা ঙৌগদবহুদা হন্না হন্না ক্লিরুবে।

ফিভম চাদবা পুম্নমক অসি হৌথ্রগা হন্দক্তা ‘তুমলমদায়দা পাল লৌই’ হায়নবা, ঐগী কুচু কুমেন থোক্ত্রবা লুহোংবা

থোকখি। লুহোংধা ভনংলাই লোইশিনখিবগ, গীতাখোয়গী য়ুম মপাদা নাপচাদবা শোইয়েৎতু য়েৎতুনা ধুম ধাম অমত্তা য়াওদনা করম্না ইমায়সি উত্তুনা। লাম্থোক্কনি গাড়ি মন্নুংদা পংথন খন্দুনা রাখি। মদি অ'খিসতগী হুক্কপদা য়ুম পানবগী চাক-ঈশিং থোংবদা পুন্নিং চংলধা য়াই। করম্ন মায়োক অসোম-দগী ঐগী মুপী ভমলপ্ব'? ঐঙোন্দা মমাংঙৈদা ঙাকপিখিবা মাইবা ম'ইবী লাইফ ও মতুংইন্নদি মাইকৈ অসোমদগীদি হুকথা থ'খিদবনি। নীবিবাঙ্গী ছুফি অমনদি ইতোপ তোপ্পা ঐখোয়গী য়ুমদা নুংগা ইমাদে হায়খি। অদুগী মথক্তা ঐগী ওইগদৌরিবী কন্যাগী মশকস্তু অমুক্ত হাকাথংনবা উখিদ্রি। লুহোংবাক্লদদি করম্ন য়েনুগনি? ঐহাক মশক স্রুকপ্ত খঙখিদে, মহাকস্তু খঙলমলোই। লাইফিক শ্রীব, লাইবিক হৈতবীর, কজরবা খিবরা, য়েংবা রাদবা শকলা, য়াম্না নৌশিবী চরিগী লেঙ্গবা অমত্তু খঙেদ্রিদে; খনাইসিনা য়াম্না ল'ংতক্লা মতাকখি।

ঐদি লৈ হুক্রিচৈদগী চেস্নিংলমলব না, বুন্দা পাংবেতু অরেম্বদা তারমগদ্রা? অদুবু মহুদি ওইথোকপ য়াবা পে'ৎ নংখিদ্রে; চংশিন্নবা মফমসিদগী অমুক হান্দাকপা লাইমক লাক্কুনস্তু য়ারমলরোই। ঐনা কম্না চেস্নিংলম্বগী অর্থদি কন্যাহুন্ পামদবা অমস্তুং নুংশিদবগী রা ঙাক নহে; ঐগী নিংতম্বা মাংলে, অদুগীনি রাখিব্রা। Rousseu না হায়রমম্লিবা "মদি পোক-পদগী নিংতম্বা লোইনরক্কবনি"-- লাইরা অসিগা ঐগী অফা-অপুংদিগা কয়াদা লাপনখ্রবা!

লৈপাকমচা খুদিংমক্তি রারিনখি লৈপুংকম্বদম্ : পুন্সি-লৈপুনগী কুন্দো পরেংদি মাংহনখিদে, কুইর কুইরগা লৈরাং পরেংসিনা নুংশিবা হৌখিবা মখোইগী পুন্সি নিংশিংনিংঙাইনি। ঐগীদমক্তি কুন্দো পরেংনা কৈদৌরুনি। লুহোংবা লোইবদা ঐগী মুপাদি ঐগী মুন্নদা থক থিল্লকখিদ্রে। মবুং-মপুরা অহল লমনশিংনা করম্বা মাগী ঐগী বদনাম পিদুনা মরক্তগী থৎখ্রবা ? কনানা খিংখি্রবনো শকথংদবী লাইবকথিবী লৈরাং মাগী লম্বী ? ওহ, লাইবকচাওবী মপুন্সিদা দোলাইথক্তা কাগদবদগী খুদাং লাক্লুনা চিংথখ্রবা মমা-মপানা ? মাগী মরাল কয়মুক চাওদুনা নত্রগা ঐগী পুন্সি মরেলদা করি অকিবা খংউ উরদুনা, বোংি চাকথা কিবগুম বোরগা কন্যাগা উন্নহন্দ্রিবা ? লুহোংবগী অচিংমক্তদগী ঐবু নিংথোল মরা য়াওং ইল্লু থোরাঙলিব্রা ? খঙখিদ্রে -"সাসুর বাড়ী-বৈকুণ্ঠ বাড়ী" হায়বদো মদুগী লৈবাক কুম্মৈ ওইহনবসু ঐগী থরাইসিনা য়াখিদে। ওন্থোকই, Cape Comarin দা সমুদ্র অহুম গী তিনফমদা নুমিৎ অমুক থোবকপদা লোইবা নাইদনা Virgin Goddess—কন্যা কুমারীনা লুহোংফমদগী বড় লাকখিনি হায়না হৌজিক ফাওবা ঙাইরি; অশংবা, অঙাংবা নাপুমচুগী নুংমচা মচাশিং—হৈজিপোৎকি ফিঙারুক্তগী শাওদুনা চাইখাইখিবা কবোকশিং সমুদ্র খোঙনুংদা নুং ওনখ্রবা—লোইখম নাইদনা ঙাইবগুম, নুমিৎ হুমনি চুপ্পা ঙাইখি ঐগী লুহোংলমলবা কন্যা .......।

লুহোংজিঙৈ মমাংদগী হৌনা ঐগী হকচাংদি ইতাও তাওদুনা সৈরকপা কুইখ্রবনি; লুহোংবা মতুং নিনি চনখিবদগী

ল্যাইহৌ কন্না হৌজিল্লকখি, ঐগী থরাই চেক্লাসি কোইপাই পাইগদবগী হোৎনরকলে। মশেম মরাং দাদা লাক্কনা কৌ-খোকলরে—"ইবুংঙো নং ঐগা থবক অম কোইরুসিনা"। দাদানা হায়কাব্রিঙৈনা, ঐনা দাদাবু নুংশিজবৈদগী দাদাবু পৃথিবীদা হিংলিঙৈদা অমুকহন্না। উক্লগে কংখিদবগী মৈচাক্কু কোকলে খল্লহুনা, ঐনা হায়া থোৗরাঙ লোইশিল্লি; ঐহাক শিগদৌরিবনি খংখিদে। ঐগী ইরল অমতসু পুরকপা নংহৌদে, ঐগী ইরলদি অমতা নৎলমদ্রে—Library দা চংই, লাইরিক অমতা পুবা য়াদে—নুংশিবা মরুপ অমতা হৌখিগে তৌই, হৌবা য়াদে—ঐগী ইরল মচেৎ অমতা পৃথিবীদা থনমদে, নহালমখে ঐগী ইরলনি খন্দুনা হুখিগদ্রা শংলগনি; ঐগী আফিসতগী কলম অঙাংবা মচিন তেকপা অদুমতংকাওবা ঐগী নৎলমদে। নিংথৌরেল আলেকজন্দরনা মাগী থরাইনা চৎলমদাইদা অঙম্বা মনাই-মশললশিংদা তাকপিরমই,—"ঐগী হকচাংপুম্বা লোইনা কুপশিল্লু, অদুগা খুবাক অনিদি হাংনা কিংথোক্কনা থমউ, মহুনা অস্তুম্বা তাকননবা—পৃথিবীগী খ্বাই-দগী ইনাক খুল্লবা নিংথৌরেল আলেকজন্দার থরাইনা চৎ-খিবদা করিমতা পুখিদ্রে।"

The 15th July, 1978

—:(O):—



# করিগী উররি ?

নংনি হায়রুই থাজত্নুগী মঙাল
অংথেঙবা অহিংত্নুগী তাংলোদা
নংবু খংনিং নিংশিংলুত্নুনা;
নচাগী অনাবা মৈচাকলা
করিগীনো সদাব্রত খাঙলিবা ঐভোন্দা
মতমত্নুবু অমুক হল্লকলিবা ?
করিগীনো থাবলগী ইপোমসিদা
অমুকহল্লা হককচাং তুজুংলিবা ?
নংদি থাপগ্রে মপোকসিন্নগী,
অত্নুবু ইমাগা লোইননা নহাক্লা
মিংতা করিগী উররি করিগী ?
করিগী থাবলক্বা অহিংত্নু নংনি হাযরুই ?

—:(O):—

# খংহৌদনা শিবগী তারিখ খংবদা

খংহৌদনা শিবগী তারিখ খংবদা
হন্না য়েংলুই ঐনা লাকখিবা লম্বী—
উন্না কুপথ্রবা লমহাংসে
শকলাকপা ওমথ্রে অমুকহন্না ;
করম্বনা দলাল, করম্বনা ল্যাইশং
করম্বা উখোংনো ঐনা পোথারম্বা ।
মতমসি চাদনা নিংশিংহল্লি
মাংদা অমমমতা চৎখ্রবা
তাইবংপালদা চান্ন-চিন্নহৌদ্রবা
ইমাংমক্তদা পুখিবা অশিবা কু
হন্না হন্না তারবা পুং ঝাল
ঐহাক করিমতা খৌশাহৌত্রমাল্লে,
শিবগী তারিখনা খম্মোইদা য়ৈবদা
হৌজিক্তি খংলকলে ঐহাক খৌশাহৌদে ।
হৌজিক্তি কৈদৌরুনি খোংজিলসিদা
ঐবুস্থু পুরসল্লু অশিবনা শাগল চিংদুনা
ঐগী হিংবা অমস্থুং শিবগী অপাম্বা করিনো ?
অয়োইকা তারিখশিগী নিংবা থুংশনু ।
তুমিন্না লেপতুনা মনা কোকপা উপাল থুদিংনা
অঙৌবা লৈরাং শরা শন্না চাইথরশনু (মনিং থুংদনা)

পঞ্জেনথোং

তাং ৪ ২ ৭৮ ইং ।

# হুই অমম্বুং খোইনিং

করিগী খোঙলরিবা মতম চাদনা
কালেনগী মুংশা মরকসিদা খোইনিংনা ?
অথাপ্পদা উমং লৈরি; তুরেল লৈরি, লমহাং লৈরি;
ইনাকসিদা লৈতে —উরুমলাংবা মকম।
কংখি তুরেল ওয়া, কেনখি গুলাপ নংগী ওয়া
উপাল লৈতে, রাপল লৈতে
তাইবঙ মীনা থমে নংগী লৈকেল।
নুমিৎকি মৈশাদা অপিকপা নশা তিংহনা
কবিগী লৈমাইদা তারিবা নমিদা খোঙলি
খোঙলি অমুকম্বু করিগী কপ্পা কপ্পা ?
লোইগ্রবা রারী লীররি করম্মা—
কাওবতনা থংনখিবগী ওমখৈনি ?
পারবা নশাদা মুংশাগী মৈনা য়্যৈরি
নংগী নৌরবা খোঙ্গেলতনা ইন্নাং লাংলরি
থংলিগদ্রা নংগী খোঙ্গেল য়ুমলকসিদা।
তাও, খোংলকলি হুইনা মতমচাদনা
নংগুম্মা মুংখিল পোবোপসিদা।

—:(O):—

## ★ লৈকাইগী ইচেম-ইনেমশিংদি

লৈকাইগী ইচেম ইনেমশিংদি
পানা খুদপ অমতনি ঙাইবিনম্বা,
শকউদ্রগা কাওখিনি তবায়া কৌবিবম্বা।।
শানৌ নংগীদি অত্ত নত্তে
অশংবা নোংদোন্না রাখৈনি ;
ওমাং খেঙ্গোংদা পাৎকি ঈথক হৌবি
লমগী চেক্লা শঙ্গু কোইনা পাইৎবি,
খবো খম্বাল লেপফানা শাৎলবিঙৈ
শিঙেল নংবু কবন্না কাওশিগে ?
নুম্বাগী ঙকশমদা থোল্লম্বা নির্মল পরেংশিনা
তৎখিবগা অমমম অনিনি ইখুৎতগী.... ..

The 2nd Feb, 1978

★ উল্লা পাৎ নিংশিংলুবদা ইবা।

—:(O):—

# মংসিবু করিনো ?

মংসিবু করিনো ইতা ?
মংদা উবমলগা তাইবংদা মাংখিবা
মংদা শাৎলগ্বা লৈবাং লুরুক্লনা
লৈকোন থুংনা হুমলগ্বা মালংবা
কেতুকী লৈখোক্তা ঙা খেংলগ্বা
অশংবা লমজাওদা শিঙেল কোম্বিরৈ
মুনা য়েংলগ্বা লগ্বী চৎপা,
ইতা, তাইবঙ মংফাওনবগা মাংখিরমলে,
তাইবঙ মংফাওনবদা মাংখরে।
যাতি অকুপ্পী উদীবৈস্লক্তা
হে মাধবী, নংাক মংদা লাকলমই
নপুরিংগী আশা থুংদনা
নিংঙমদবা বন্দি ওইনা
অচিকপা উমংদা নহাক লেপলমই
কবিগীদমক হুকলয়েইদবা লৈ পরেং লেংলমলিবা ?
ইতা, নোংঙাল্লকপদদি অরেম্বদা
অয়ুক্কি নোংহোংগুম হুমদোকপিরমলে,
নিংবা থুংবা লেননা নুংশিৎতনা হুমদোকখরে,
হুমদোকখবে থরাই, লোইবী লাম্না পাইবা
নোংপুবা লৈচিনগা লেঙ্গোম্লনা
অনেম্বা তম্পাক অমুক তমলয়োই।

**The king dreamt a slave and the slave a king.**

— :(○): —

# জুলাইগী তারিখ ১২

## I

ছুটি নুমিৎ নত্তনা, তঙায়কত্রবদি য়াওশং নুমিৎ ফাওবদা, নুমিৎ খুদিংগী লম্বী অসি ঐগী খোঙচৎ মতেক ওইবি—য়ুমদগী আফিস, আফিসতগী য়ুমদা মেছিনগী মেছিনগুম্না, ঐনা নৌনা কেবানীগী থবক হৌবকপদগী লম্বীগী নাকয়েৎ অনি মক্তা লৈবা, খুদিংমক চিনফা পুরকলে—মাসিনা মাগী কোম্পোংনি, মাসিনা চিংদুমহুনি, মাসিনা পাং মচাহুনি, মাসিনা Judge হুগী য়ুমনি; (কোম্পাংসিদা কুইনা মশা মনেং ফন্দুনা লেপ-লকলবা উজাওহুনস্থ ঐবু তত্তনা লেপহনখি মবম লৈত্তনা) অসিনা য়ুম অহুগী মোনি; স্কুল কলেজ কাবকপা খুপাশিংগী মশক ঐঙোন্দা নোং নোংমগী শকখংনবগুন ফাওবকখি। চান্নবা চিন্নবা উন্নবা অঙকপা ফজবা মীগী অফবা গুননি। মাংখিনি কংখিনি হায়বা কাওহন্রি।

নুমিৎ খুদিংগী মাইকৈসিদা ভিল্লকপদগী শকখংনদবা য়াওদ্রে; অযুক আফিস কাবা খুদিংগী ইবেযাইম-খোইগী কোম্পোংদা মুনা মুনা য়েং শিল্লি; ইতুক্নুনা মাচি মখাইগী মথকথংবা দলালগী খোংনাও ময়াদা লাইবিক পাত্তুনা লৈরমই; নত্রগা পাবা লোইহৌত্রবা লাইবিক্কু খুদচিন্দুনা অহাংবা খোং নাওরোমদা অহাংবা মালংদা য়েংহুনা লৈ। আফিসতগী হল্লকপস্থ অহুনি। শাৎকায়রবা লৈনা লৈকোয়ংদা ফজবা, নুমিৎনা তাখিবগা উনাগা লৈগা অমম্বগা মতু অমত্তা ওইখি—রাখলদনি লৈহৌবা।

য়ুম অসিদা কৈদৌঙৈ ঐনা অমুক্তং চংবা ঙমগনি? করম্না মাঙোন্দা নক্না চংশিন্দুনা মাবু উবা ফংগনি? মরুপ কনাদা লোম্না ঙমথোক্কনা ঐগী অমম্বা কোকহনগদগে? আফিসগী টাইপ-রাইটর খোঙেংক্তা ইত্তুনা থনখি, অহুবু ঐগী ইশাগী ফিভমদা থমথেংনা থঞ্জিল্লরগা রাখলসি হৌদোকলুবা খক ওইথোক্কে। নুমিৎতনা হৌখি ঢায়বা মঙাই, অসম্বা থম্মইসিকনা ইশং কাববা নুংগুম লেংদনা লৈখি। ঐগী পুশিংসি হায়দোকলবা যাম্ন লুবা রাখলনি; ইবেয়াইমদা কংশুদম্রুর অমং হায়ব ঙমম্লোই। মাদি নুংঙাই য়াইকবা ইমুংগী মচানি--Iudge গী মচা অহলনি। য়ুমসি উবমক্তদা চিংশরকলে ইশগী মিন্থুনা ইশাব চিংথরকলে।

## II

**Agriculture farm** সিদা থবক তৌরকঙৈদগী অকোইবদা শন্দোকখ্রিবা মনা পুংবা পাম্রীশিং ইম্ফাল সহরমনুংগী নিল খোংবত্থু কাওহল্লি। আফিসকী কা মনুংদগী অহাংবা লমহাংদা শন্দোকখি রাখলগা মিৎয়েংগা পুন্না-মুংশিবা মুংথিল তম্না শন্দোকখি ঙমথৈ নাইদনা; উকায় তকলিবা ট্রেক্তরগী খোঙেলনস্থু লাপ্না পৃথোকখি থরাই চেক্লা আফিসগী অরাংবা **File** মরক্তগী। তম্না ঐনা পর্দার হাইদোকলুবদা মুংশিৎনা শউম কম্না মায়দা থঙফু ফুজিল্লকখি। রাখল ইতৌ তৌহৌদনা

ঐগী মীৎ অনি তাম্না য়েংথোকলুই। ........ অবাপ্পদা হঙাম-মপাল মরক্তা ইবেয়াইমা অমসুং মনাওনুপী তক্ষ পাগং অমগা উখি। করম্বা দৃশ্য থিররিবা পুক্লিং পেন্না তছবির মন্নবা।

তুমিন্না য়ুম্দা হল্লক্তুনা অহিং লাইনা হৌখিনবা Library দগী লাইরিক অমতং লৌথোক্তুনা পাননবা তোংনরমই; রাখলনা তবং মাসংদদা লুপশিন্দুনা "মখুম খুমজিনবা উপু মনুংদা থম্বগুম" নমশিল্লমই। Sleeping pill অমুকহন্না চাব-রোই; অরাপ্পা মাঙবতাগী খুবাক ঈশৈগী খোঞ্জেল তাবি অথেংবা অহিংদা। তুমিন্না কোম্থোং লাম্বক্তুনা চৎপা তৌ-রকলমই; সরক্তা মী ইচৎ চৎত্রে। মাংদা অথেংবা থাবলগী মঙালদা নম্বুল তুরেন্না তপ্না চেল্লমই ইমায চোম্না: মীবোল্লবী মৌ নহাগুম মোং হাদনা—জুলাই থাগী রথ যাত্রা মনুংদা। কেলি মপান্না ঙৌরোক ঙৌনা চোইনা কেল্লকলি অচৌবা মশাদগী। অনকপদা, উরিবৈশিংনা কোইয়েৎ য়েৎশিল্লবা লৈ কোন্দা অকনবা লৈনম নুংশিৎতনা পুবকই। থগোইশংদ শংহৌ হৌত্নুনা নিংশিংহল্লকখি—'অথেংবা অহিংদ কদম পাম্বী মখোংদা রাধা-কৃষ্ণ'। তপ্না চাওনা চেল্লিবা তুরেলদা কুম-থরমই, ইয়াইদা ইরোইদুনা তাওথরমই........ঈশিংগী ইমায় নোংদোন অতিয়া অমতা ওইখি........মাইকৈ থুদিং।

থেংলবা অহিংদু ইমাদি তুমলমদ্রে। "কেদৌরে নফি নরোল লোইনা চোৎনা লাকলদি"? ইমানা হংখি। "ইরোইরুবা"। "করিগী অহিংদদি"? মথা তাথরকখি। খুরম্মু খুম্লিঙাই লৈত্তনা ঐগী কাদা তপ্না চংশিল্লি।

# III

ঙরাং অহিংদি মুংঙাইরবা মং মংলমই। ....... নোং-মাইজিং মুমিৎকি লৈচিল নোংকাই থাংজরবা অমুকনি। আফিসস্তু ছুটিনি। মরুপ অমনা ঐবু থিনবীরকই ইবেয় ইমা খোইগী থোঙ্গলদা—পাঙ্গোংনা ইঙ্গাং ঙাংনা শাংলমই। শুমাংদা চংশিনখিবদা ইবেয়'ইমাখোইগী Father মাঙ্গোন্দ অরাম চৌক্রিদা কমদুনা কাংচুপ থক্কুনা লৈরমই; করি রাখলনো মাইথোংদু হরাও হবাও কোংদোকখি। তরাম তরাম ওক-পিরকই—'ইবুংঙো, চংলকউ, কম্মু লাও"। মনাক্তা লৈবা রেশমগী চৌক্রিদুদা কমহল্লি। নোঙ্কুপা মতৌ উত্তুনা রারী হৌদোকই—"পাবুং, ঙসিদি ছুটিনি, পাবুংখোই উনজনিংদুনা-হেক্তা লাকচরবনি"। পাবুনা ঐবু শকখংবিখিবদি য়াম্না কুই-রবনি, ঐনা কলেজ তম্বা লোইরমদাইদগীনি। ঐবুস্তু ইত্তুনা লুনা ভৌবিখিবগী লমনদি কৈদৌঙৈ শিংগনি খন্না পাংথোকপা ঙমদনা লৈরকলি। য়ুম-লোন কৈরোম্নবা ইচিক চিকখ্রে। পাবুংনা কাংচুপ চিংনা চিংনা লিবা রারী ঐহাক পুক্কিং চংনা তারমই; হান্নবা চৎথোকদবগী ফিজোল হোংদুনা লৈরমলবনি। ফুক হৌগৎতুনা হায়রকই, "ইবুংঙে, লৈহৌখো, ইবেয়াইমা খোই চাকশংলোমদা লৈরমগনি, ঐ চংথোকলুখিগে, ঐ হল্লক্কিবা ফাওবা লৈরমখে"। অমুবা লংলবা লিচৈদু পায়দুনা gate লোমদা থোকখিরা ঐনা য়েংহৌই ইভোম্তা।

খোৌয়াঙলবা থম্মোইতনা লমজীংহুনা চাকশংলোমদা খুৎ-লৈ থ়ুনা চংশিল্লি। কনামতা লৈরমগ্রে, চাকশং মনাক্তা টোটি কোঞ্জিন ময়াদা তক্ষা কি শুহুনা লৈরমই। "তক্ষা, নখোইগী ইবেয়াইমদি ?" ঐনা হংই। "ঐখোই' ইচেদি পুখ্রি মপাল অসোমদা থম্বাল হেকলমখিনি, স্নুকহন হল্লক্কে;"— তোটি দগী মমায় হাইগৎলক্তুনা খুমলকই।

পুক্লিং মকা লাম্না পুখ্রি (অপিকপা পাৎ) গী সিড়ি তম্না চংশিল্লি। 'ইবেয়াইমা;—তুংয়ান য়েংনা কৌই। পুক্লিং হকচাং মিৎনকুপ্পদা হৌনহুনা তুচুংখি। পুক্লিংদা কাওই মতমকুইনদগী নিংজরকপা আশাগী আশা ঙসিদি ......ইবেয়াইমা, শুমহৎনা ঙৌরবঃ কুচু, চোইরবা শাংলবা শমলাং, লেপথ্রমগদৌরবা ঈশিং ময়াইদা মথন্তা মুমিৎকি মঙালদা অরোইবী থাহুনা শাৎকায়রবা থম্বাল—ইবেয়াইমা অমস্নং থম্বাল অনিগী খেন্নবা কদায়দা লৈবগে ? পুখ্রি অহু পাৎকা অমতা ওইশিনখিহুনা, য়ুমগী মখা থংবা শরুক্তা চিংহুম য়ৌনা শন্দোকখ্রি—মচেৎ খরদা পুখ্রি ওইজরুবস্নু অতৈগী অয়াম্বা শরুক্তি থম্বাল শাৎপা পাৎ অমগুম লৈহৌরি। য়ুমগা থংনবা অকোইবা শরুক ইংখোল থুংনা চেকপল্লনা কোইনা চনশিল্লি; পুখ্রিগী সিড়িথাক ময়োল ময়োল—থাজদনা উরুবা মীপুম থুদিংমক্তি ইম্ফাল সহরগী মস্নুংদবু অসিগুম্বা পুখ্রি পাৎকি কজবা অসি লোৎ-তুনা লৈরমলি হায়গনি। অশাৎপা অঙাংবা থম্বাল মখৈ থুংনা লাম্ন কংবা খোমজিন খোমজিন্দুনা সিড়ি মথক্তা ইবেয়াইমা

লৈদা য়েংহুনা পুন্নমক কাওখ্রবগুম তৌই। "হায়মা, করম হায়না লাকইনো?" ভুংয়ান য়েংনা কিংনা কৌরুবদা মানা হেন্না কিঙৎতুনা ঐঙোন্দা হংলকখি। "ঙসাইদগী পাবুংগা রারী শান্নরমলিবনি মাঙ্গোন্দা"

—পাবুং লৈহৌরিব্রাও চৎখ্রবরাও?

—চৎখ্রে, কদায়দনো?

—থেংনা লাকলগনি অহুদি।

মথুক্তগী চৈখায়রবা থম্বালগা খুজেংদগী খুজি মখোলগা, ঐগী থম্মোইহুংগী অঙকপা নুংশিবগা অমতা ওইখিহুনা রা ঙাংবগী রাখল লৈখিদে। অনকপা অকোইবদা পুমচিক চিকখ্রে মত্তম কুইনা। লংখৎলম্বা নুংশাগী মঙাল খজিক খজিক নেমথরকল্লে। অশাবগী চাং degree হেন্না কারম্বা হৌজিক্তো কদায়দা লোৎখ্রে? নুংশিংনা তপ্পা শিৎলকপা কাওরকলে হকচাংদা। সিড়ি থাক্তগী শন্দোক্তুনা উ-পাম্বী মচা মচা অমমম অনিনি হৌখি; মশা নাল্লবা লেকথরবা নাপীনা অশংবা ফিদা ওইনা শরা শনখি। মকমসিদা ফমথহুনা, হিপথহুনা, লোংখ্রাক লোংনা হিপতুনা পুক্রিগী থম্বাল য়েংবা—পুক্রিংগী অনাবা লাইয়েংনবা চপচাবা মকমনি। খোৎলবা নাপী মথক্তা লোংনা হিপতুনা পুক্রিংগী অরাবা কোকহল্লি। নুংশিবী ইবেয়াইমা ইনাক্তা পাম্বোম মোনখাংনরম্বা কয়া কুইগ্রবনো খঙহৌদে —অহাংবা অভিয়াদা য়েংখৎলুরকদা থাজোল শারা থা মচেংনা লৈচিনগী মচু হায়কেৎ কাওয়মলে। হুমিৎ ভাখিদৌরম্লে।

"ইস, মী ল্যাকলে," ইবেয়াইমা ক্ক হোৌগথখি। পুখিংমপাল রাংমদগী লৈশাবী শঙ্ অমা ফাওজিল্লকপা উই; এনা তত্তনা খঙনরবা রাশী য়াওই। মিকপ থোক্লকপদা মন্নবা কাংখলগী চিথেক মরিনা ইতোমতগী জেলগী চেকপল ওইনা খাজিল্লমলে।

IV

চয়োল অমরোমদি করিমত্তা তৌদনা হৌখ্রে; পুন্নিং পুখিং-দদি খম্বালছ কৃগায়না শাৎলি। রাখলসিদা তাওখিবদগী ওাইহাক্তা পোথাদে। নুমিৎ থা চহি চুপ্পা ইরক্লবা চিঠি অমতং শংবাম্নবা envelope দা হাপচিল্লি। অনৌবা ফি-রোল হোংহনা অয়ুক ওয়া মাগী মনাক্তা চৎলি—Vocational Training Institute তা থোইদোকপা আশাগা লোইনন; আশাগী মপালনা মীওইবা হিংবা নৎত্রা? থোইদোক্লা ওসিগী নুমিৎতি অকবা নুমিথনি—July গী তারিখ ১২ নি। "ইবে-য়াইমা, রা অমতা হায়গে," মনাক্তা য়ায়া নকা চংশিন্দুনা হায়'।
—"নহাক্লা হায়গদোরিবা রাছ এ খংডে', শাওরংননা খুমলকখি।
—"চিঠি অমত্তা পিরমগে তৌখনি," মখা তাই।
—"অচুগুবা রাছ অনিরক ওনা হায়রু; নশক মুন্না খওই, চৎলো"।

খঙহৌদনা মিৎনা কুপ্পা অমগী মনুংদা মায় মিৎ পুমঙ্গাং ত্যাখি; হকচাং পুম্বা শাগৎলকখিবা তুখোং খুদিংদা ফাওখি। মিংহৃয়দনা চংশিল্লি, ইবেয়াইমা খল্লা চংখোকখি; "রাজিল্লতদি হায়খিগে ওাইখোগবা" 'হয়া হয়া হায়জনমই। তুমিন্না লেপতুনা

লৈরম্বী মমাম্নবী রাশীদি খাইদগী ওক্না — কন্সিস্নু কাম্নদ্রবা জীবা অমগুম ঐঙোন্দা য়েংখি। ইবেয়াইমাগী খোংলবা চিনবান্দগী শাপ মথং মথং হৈখরকখি : হোরেল Office কাবা লাকউ, লম্বীদা নকোক থুগায়হনংগে নশাগা নকোক্না তোংঙান তোংঙান তাহনগে ........। মখোই অনি লৈরক্না চংশিনখিবা ঐনা লুকখত্তুনা য়েংহৌই। War field দগী হল্লকপা sepoy অমগুম তপ্না মায় ওন্দুনা অহনবা Cycle গী খুনেৎতু লৈরমই। য়ুম য়োৌবগা diary গী লামাই হাংদোকই — July গী তারিখ ১২। কমুংদা লোংনা হিপতুনা আশা অমতং খল্লুই করি আশানো খঙদনা। হাংদোকলুবা লাইরিকশিংগী লামাইদস্নু ইশিল্লি— জুলাইগী তারিখ ১২....... কমুংগা থংনবা ফকলাংদা, কাংখোলদা টেবীলদা .......।

## V

আফিসতা boss না তোয়না ঐগী অশোয়বা অরাংপা খুদিংমক পন্দুনা হায়, "ব্রজমনি শর্মা, নহাক্কি ভুংগী prospect য়াম্না ফহন্নিংই; নংগী লমচৎসি শেমদোক্ত্রবদি নংগী service career দা improvement কলোই। করিগীনো খেংনা খেংনা কারিবা ? নংগী অরাংপা করি লৈ ?" ইকুই কুইদনা Union Minister না farm সিদা visit লাকলম্বা মতুং খরা লৈরগা চিংদা ঐগী transfer order খোরকখি। মতমকুইনা লোইনরকলবা ঐগী হৈনরবা লম্বী মতমগী মতুংইন্না পুন্সিদা মুংঙ্ৰে।

## ৩০ লমাংদোংগী তোমজিন্দ। শাৎপী পিঙেল কুন্দো। অরাংবী

ইস্থোকলবা অনৌবা out post গী পুন্সি মরেলসিদা অকিবা, মুংনাংবা, তোঙান্না তাবগী রাখলনা মতম চুপ্না কোই-শিন্দুনা লৈররে। ইবেয়াইমা লুহোংখিবগী পাও তাখি। অচিকপদা, য়ুমদা মায় ওন্দুনা diary গী লামাইদা নোংমা ইরমই শৈরেং মতেক নিংশিংবা থোক্তনা :

থম্বাল লৈনমচুবী ইবেম্মা
থল্লদে থম্বালগী ঋতু
হেমন্তদা করম্না থম্বাল শাৎকনি ?
মতম নত্ত্র হুরকপা লৈনম
কাইদ খোঙ্গুল লীরুবা
খঙলে ঙসি মং লৈবাক
নুংথিলদা ঙান্নবা থাজ
কদায় নঙগী সঙ্গায় মীনোক ?

The 11 th July 1978

- :(O):—

# ইবেম্মা নংস্থ শিখ্‌রগা।

ইবেম্মা নংস্থ শিখ্রগা
শিরোই করিগী ঐদি ?
লৈখোক্তগী গুলাপ কেলগা
তারোই করিগী লিক্লা মাদি ?
অরাংবা শিরোই চিংদোন্দা
লৈচিল্লা থুংনা কুপখ্‌রগা
রারোই করিগী পুক্লিংস্থ
অহাঙবা মালংদা তাওন্থনা ?
সুম্মিংস্থ তাখ্‌রগা অমুবা চিংয়াদা
কায়নরোই করিগী পুন্সি ?
নংনা শিরগা নাওয়েক কংহুনা
শিরোই করিগী ঐদি ?

উখ্‌রল।　　　　The 8th June, 1976

—:(O):—

# নুংশিবা অইংবা নুমিৎশিংদো

নুংশিবী। থাম্লবা নুমিৎশিংদো।
নোংঙাল্লমদাইদা শিন্থরকপা পিথুদ
খুল্লিদন্না নংমদি
শাইজিন্দগী তাম্নকপা মহৌশাগী নোংলিকনি ?
নংতনা চেৎনা লৈখ্রবা অহিংদো
করম্না থোক্ত থিল্লবা ঐদি
থোঙজিন্দা লেপতুনা
ইরাইদা লাইনা পি শিন্থুনা।
জোল্লবা হকচাং শরুশিংনা
হরিণী মিংলেন ঙাইথুনা
চোইনা তাম্নবা কান্দম্না লৈঙোইথক্তা
করম্না উম্নরবা নংগা ?
কখুংথক্তা ম্নাতাহুনা
উনা লেঙবদা নোংঙানবা ঙাইথুনা
খাংঙমদবা অম্নাবা অহিংদা
'ঈমা' হায়না কৌরুবদা
কনানা ইনাক্তা লেপলবা লোম্না।

—:(০):—

# ডাক্তরগী য়ারোলদো নংনা ফমুংদা হিপৈঙেদগী

নংনা ফমুংদা হিপৈঙেদগী
ডাক্তরগী হিদাক চাহুনা
উমংশিগী কৈশাল ওইহোরে ঐনা;
নংনা মিকুপ অমদা
ফৌগুখোংদা ঙংখিবা ঈশৈদো
করম্বা ঈশৈনো পুন্সিগী ?
পুক্নিংগী য়া অমতম্মু হায়খিদে নংঙোন্দা
চিনবান অসি কাজিনখি নংনা ?
ঈশিং শোকফম কোলদা
ঐনা নংবু ঙাইবমখৈ ঙাইখি
করিগী ঙাইরিবনো খঙদনা
সনাবুল কোন্দুনা থোরকপা।
করিনো ঐনা খল্লিবা ঙসি
উমংসিদা কোইচং চৎতুনা
নংনা ঐবু নোকখিবদো নোংমা
শজিবুদা খোঙবা উচেক অহুতনা
ঐগী থরাই কয়াদা লাপ্পা পুখোকখি ?
হৌজিক্কি ননাক্তা নংগী,
নংনা ফমুংদা হিপলে

(কৈথেল পাওদগী তারকপদা)
কঁরম্মা কৌগনি নংবু খোঙেল থোক্তুনা
লমগক্কী কৈশাগ ওইরবস্থ,
মুত্তুরু ডাক্তুরগী রান্নোলদো নংনা
কম্মুংদা হিপুঙৈদগী

কালেন পুর্নিমা,
1972

—:(O):—

# ইঙ্গী কুইরল্লা ঙৈরেং

ঙরাং মংদি ওন্থোক্লা থিনা মংখ্রে
পুর্নিমাসি ইচলদি য়ুমদগী মাংখ্রে,
কম্মুং কাম্লং কোইনা থিবদি
কংথিদ্রে থরাই য়ানা ।

চিংঙা চিংত্রমদা মতোন্দা য়েংই কাপ্পৎতুনা
অরাপ্পদা অনকপদা উথিদ্রে,
অচৌবা চিংলোম্না মৈথু-লৈচিন্নুগা তিল্লখ্রি
থিকম খঙদ্রবা ঐনা কদায়দনো থিরকনি ?
"A flower cannot be plucked twice"

The 19 th Nov. 1983

—:(O):—

# লাকখো নরৈকাইদ

হন্নকখো নরৈকাইদা অমুকহন্না
মতমহুগা লোইননা লাকখো।
নহাক লৈত্রবা কালেনগী ওলাংলবা নুংথিল
খাঙ্ঙমদ্রে ন্নাকৎলি থম্মোইদা তত্তনা।
অঙাংবা কবুলিয়া মপালশিং
চুপলরে অমুকহন্না উচেকশিংনা
নংদি লাকলরোই কৈদৌনুংদা।
করিগুম্বা অহিংদা অইংবা নুংশিৎনা
ঙা-থেংবদা ঐগী পারবা য়ুমথক্তা
মিকপ থোক্কনা অহিং লেপ্পবা মপান্দা
নোংঙাল্লমদাই নুংশিৎনা হকচাং য়ৈররি
মীশিং ন্নাৎলবা পৃথিবী
নংবু কৌরমলগনি তত্তনা ;
অহাংবা অতিয়া থম্না
ঙাল্লমলি থরানমিচাকশিং তগুপ তরেংনা
হন্নকউ নহাক শংবান্নবা নোংদোন্দগী
হন্নকউ পৃথিবীসিদা থরানগী লমদগী
হন্নকখো নংগী নরৈকাইদা খোংজোমনুবী তরেৎলক্তগী
করিগুম্বা তাঙ্গা চাথিদবা মতমদা

থম্মোইগী লমন শিংঙমদনা
মিংতগী পি হন্না হন্না তাখিবদা
হল্লকউ নহাক মতমন্থু পুন্থুনা।
নংবু তাইবংপানসিদা উরবদি অমুকহন্না
থাদোক্লদরা ঐনা মতমন্থুদা ইরৈকাই?

—:(O):--

# ওইবিয়ু নংনা মপোক অমদা

লৈনমচাওবী ইবেম্মা

ওইবিয়ু 'নুংশিবা' মপোক অমদা
নুংশিবা নাচোমতু নংনা;
মিংশেলদা তাবা মিরেল
য়েংজরুবা লোম্না, উওমদ্রে মাংদা
তাহনবিয়ু 'মিরেল' মপোক অমদা
নুংশিবা মিরেলতু নংনা;
খঙ্গরুই নোংমতদি পংনা।
নুংশিবা লৈরাং নাইহোম
শাংলবনি ঙসি উমংদা
খঙজখিদে নুমিত্তুদা
ঐগী পুন্সিগী লাইবকথিবা থা
থোরকলবনি অশংবা অতিয়াদা ?
মচিন থোরবা ভিংখংহুনা
য়োমলবনি থম্মোই লাইথুম ?
শাংপিয়ু অমুক মপোক অমদা
নুংশিবা লৈরাংহু নংনা;
শোল্লুবদা চিনসিনা নুংশিবা কোলোই
চংলনি তুমিন দোল্লাইথক্তা
লাকপিয়ু মপোক অমদা নংনা
ঐগী শঙ্গায়দা খোয়দানা।

য়াফুকপা, তাং ৬। ১১। ৭৬ ইং

# তাইবংপানগী নুংঙাইবা

ঐনা সিনেমা য়েংমিন্নসি হায়নবা নুপীদু কুচু মুই, মশাস্থু নান্দে—মশাস্থু তিক তিক লাওদে; নুপী ওইবীগী থোৎ-নৌবা কঞ্জবা লৈতে; অদুবু মাগীস্থু গুহ পুবা ইশ্বর লৈ, মাগীস্থু আত্মানি। হকচাং অদু মহাক নত্তে। ঐহাক্না অপাম্বা অমনা ঙাওবদগী মহাকপু সিনেমা য়েংমিন্নশি হৌরুবনি। মহাক কনানো খঙদে, মমিং খঙদে, ঠিকানা খঙদে। ঙরাং 'পোলোগ্রাওন্দ' ময়াদদা খঙনখিবনি, ঐগী পবিচয় মাঙোন্দা পিবমই; করস্থু মৰিস্থু লৈনদে।

অমুক পু ১০ ৩০ মমাংদগী যুমদগী থোবকপনি রিকসাদা ......। ঙরাংদগী হায়নবমলবনি, বেলকোনি টিকেট ৩। ঐগী আশাদি তাইবংপানগী নুংঙাইবা অদুনি। ভাবনা দলাল শাগৎতুনা য়ুমদগী থোবকপনি, থাও তৈদুনা, অপাবা হকচিক লাংবা ফিবোল শেত্তুনা, টি-সার্ট, সেন্দল, অযাংবা পেন্ট—কয়া নুংঙায়। "শাগৎলকপগী আশাদি নুংঙাইবগী মশকনি।"

ঙন্তানা মহাক্না লাক্কদবা মাইগৈদা ঙাইবি, নুংশাস্থু শাত্রে শাথিনা, মীওৎনা ......। পানতুকান মমাংদ। লেপতুনা কোইয়েং য়েংই—বিকসা খুদিংমক ঙক থাঙ্গৎতুনা....লক্কে, লাক্কে; 12 Noon দদি শোয়দনা লাক্কনি হায়রমই। কদায়দা মতম লেনশিগে? খোংনা পুবা মাইগৈদা—পোলোগ্রাউন্দ মথাগী অচিকপদা........চৌরজিৎ মহাবাজগী লাইনিংথম, বড়সাহেব পুখ্রি ইকোয় অচৌবা মপান নক্কা চংশিল্লি; লোন্না য়েংলুই—

মসিবু লাই লৈরিব্রা ? মাংদা লেপলি building—মনিপুর Museum। মাসিদা য়েংহুনা মতম ঙাইরগে চংশিন্নই। টিকেট ? থোঙজিন্দগী ঙাইরমই। শিকি ১ তনি। অহানবা কাদা grand size অয়েকপা ছবিশিং—মহারাজ কুল্লচন্দ্র, চন্দ্রকির্ত্তি—৺শ্যামো শর্ম্মগী 'মৈতৈ নুপীগী থৌনা', 'রাধা-কৃষ্ণগী দল-লীলা' য়াম্না কুইনা য়েংহুনা লৈনিংই, পুং তাথ্রগত্রা মৃংশা খি; তপ্পা য়েংগদবা চাওকান কান্দুনা য়েংই—চন্দ্র কির্ত্তীগী খুদোল খোংউপ, খ্বাংচেৎ নমথাং থাংশাং, খুৎশু থাং ........ য়াম্না মুংঙাঙ্গ; guide lecturer য়াওরবদি কয়া মুং-ঙাইগনি, হংনিংবা কয়া ইথস্তা খুম্বা ঙমদনা তোকই। হনু-মানগী মুর্ত্তী, মহাদেবগী মুর্ত্তী, দুর্গা, কৌওইবীগী মুর্ত্তি .. .... মথং মথং দর্শন তৌই। Bengal tiger, হিমালয়গী অমুবা শওম........অহিংবা ওইরমলবদি ঐবু শোয়দনা চাখিনি, চেনকম লৈতে, কদায়নবো চেনগদবা ........ওহ, বায়হ তারমলগনি ........থুনা চেম্থোরকই হায়গী মকমদা লেপই, Cinema Hall দা অমুক য়েংই, লম্বীদা অমুক য়েংই, হজং-হন্দা অমুক চংলি—বাজারগী foot path, গলী। হাজামনা ঐঙোন্দা মুন্না মুন্না য়েংই কোইরুপ কোইরুপ.. .... ঐবু চিংনরমলগনি, পোৎ লাকদবা মাল্লব্রা, অদুবু মহাক লাক্কে, লাক্কে। পুং তাখিগদৌরে, লাক্কে। মসি মাগী মরাল নত্তে ঐগীনি, ঐগী লাইবক্কী ইরাজনি। সিনেমা হৌখিবা কনা কুইগ্রে অদুবু লাকখিদ্রে। ইনাক্তা পাখং নহা অনিথক লেপ-মই মথোইস্থ হোৎদদা অমুক চংখিদ্রে, হায়নবা লৈশাবীশিং

লাক্নে হায়এ—মুরুম মুরুম শোল্লি। তাবদা লোল্লিংখি। ঐহাক্তি মণ্ডে মখোইমুনিকো। ইথক্তুনা ইথক্তবু শাওনিংখি। কাদায়দা হৌজিক চংসিগে, টিকেৎ ভু সি কুম্বিৎখাওদ্রা অমুম লৈজরগনু। ভায়োনকমদা চংশিল্লি, হে-য়োনকমদা চথিল্লি, কাজারিগী লম্বী ....মেমচৌবী রিকসাদা চুথখি, মুম্না য়েল্লুই নিংঙমদনা। লাইরিক অমতা লৈগ্রে পাবা মুংঙাইবা মকম খঙদে। মৈতৈরোলগী লাইরিক লৈরিজ্ঞা অমুক 'সাহিত্য পরিষদ' ভা খোং থাংজিল্লি। —"লাইরিক অমতা লৈগে, ভুবা, অসিগী লাইরিক অমতা য়েংজগে—লাইগুরুশিংনা খম্বিরম্বা—অসিগী লাইরিকসে।"

—"ইবুংঙো, ঙসি খুদামখা অমতা কৌজ্রি, হোয়েল, য়েংলগা লৌথিরোইদবা ওইরবদি কায়দে........"। —"অদো খুড়া, মসি য়েংজ্রবদি কয়ম্না পামই প্লামদে খংগনি। ঐহাকসু লাইরিক খুংঙাইবা অমতংদি লৌনিংই, য়েংলগা প্লামজবদি লৌজগে"।

লাইরিকতুনা ঐগী শাক্তি ওইহল্লবা খুজিক্তংসু ঙমদ্রোইদ্রা থাজদ্রে, প্রশ্ন ভাক্তা, রাহং পাওখুম ভাক্তা—উত্তর প্রশ্ন, প্রশ্ন-উত্তর....। লাইবক কংতুনা থমলমই—"রায়োবিসু পুংঙাই-চৌমদ্রে লৌজরয়োই।" অতোপ্পা লাইরিক য়েংগদবা ভাল্লে, নাকয়েৎ কোইয়েং য়েংহুনা চেকখোং নম্বোনবীদা লেপই। অমুকগী কোইচং চৎপগী মুংখিলগী মুমিং চায়রকলবাদা, থারবা রিম্না অমদা' রা অমতা হায়দনা কাখৎতুনা কল্লি,

"চংশি চাইহাক্তা কমথিশি"—ফুরিংথাও জেপতগী সিনেমা হোলদা চানবা হাপ্পুখিবা মিঠাই, chewing gum শিংছু লৌথোক্তুনা রিক্সা ড্রাইভর পাথংহুদা পি। সনাকৈথেলগী মীনা চিংন-চাইনবা ওমদনা হন্ন্লোক হপ্লিন চংনরি। রিক্সাছু থৌগংহল্লি য়ুম তন্না।

ইতোমতা খল্লি—ওসিসি এগী cycle ছু feeble তংপগা চগ মায়েদা, office ছুটি লোক্তবা, মতম মাঙলুবা! খংলি খংলি থোরগা চেন তাবনা খরা কৈ, অহনবা cycle অহনবা tyre য়োংপি য়ুহনা puncture ওইবনা খরা করি। য়ুমগী লৈরক য়োই রিকসাদগী কুমথে। নম্বুল তুরেল মপান্দা চাই-হাক্তং হকচিক লাংঙিঙৈদা সনথ্যা ওইগ্রে, মমগ্রে, অহিংগী খোঙ থাংজিনগ্রে। য়ুমদা মায় তাথোকপগা চাকশংদা চংশিল্লি। ইমানা নাহেন্থনা চাক থোংলমই; ইরোনবা—ইকাইথবী তেং-নৌমানবী আলু থাংজিং....। নোংমগী থৌদাং লোইরমান্নে ওসিদি। কমুংদা য়াতাগদোরে; 'কমুং', হায়বা নত্রে, খমনুং হায়বনে, খমনুং শারা তানবা তম্বনে। শিবনে, শিবনে।

বিশ্বকর্ম পুজা। The 17th Sep 85

—:(O):—

# অসিদগী হেন্না পংবা করিনো ?

I

ইবেম্মা নহাক শিগ্রগা
নংগী ছায়া লৈহৌই তাইবঙ শিনথুংনা;
পেক্রেকলৈনা লৈখোক লোইনা কেনখিবদা
পোমলিবী লৈ ১ না মহুৎ শিনখি;
পুং ঈশৈ খক্কনা খঙ চাওনা।
কনানা খঙবগে নহাক্তি
ওম্না তাইখঙ খাদোক্লগা
নংগী মহুৎনা ভুং ইল্লনি নংগী ?
মুংশিবা তেনবক্তি মীৎনা কুম্না নংহৌদে
খওনা খওনা হৌজিক্তা ঐনা
মুংশিবা 'খাংওবু লমমুক শাংববু মৈ মুরি'
অসিদগী হেন্না পংবা রাখল করিনো ?
অসিদগী হেন্না তোনবা কিভম করিনো ?
অসিদগী হেন্না মথোংহুঙবা আশা করিনো ?

II

অখোবা লময়ানবশিং অমমম মাংখ্রে
অকনবা শহিদশিং ওম্না ভুংখ্রে

মুংঙুবলবা লাইনিংবশিং থুপখে
[illegible] চিংয়া[illegible]
চৎপদা হৌরি ইখোং খোংনা
ইরমাই শাগৎচবা মাগী রাখলদা
মুংঙাইবা মায়ানা কুপ্পা "ঐগী হুমদা"।
অসিদগী হেন্না পংবা রাখল করিনো ?
অসিদগী হেন্না ঙকপা আশা করিনো ?
অসিদগী হেন্না চাওবা পুক্কিং করিনো ?

The 1st June, 1978



# খোইনিং

ক'লেনগী নুংথিলদা
থাগী লৈহাও মখোঙদদা
হুরান্দুনা খোঙলম্বা খোইনিং
ঐগী পুক্নিং ভাওনবা
কোইনা চংপা ডেউললা ?
তশেংনা কঙাওনরবা খোইনিংলা ?
লৈরক কোন্সাংদা মীয়ামগী খোঙ্গেলসিগা
নশক উদবা নংগী খোঙ্গেলগা
ঐদি খেন্নৈ হায়বরোই ;
হে খোইনিং নংস্থু খল্ল
নহাক তুমিন্না মাংথ্রগা
ঐহাক করি খলহৌই খঙব্রা
ঐগী মচিন তুমখোল্লবা কাসিগী মনুংদা ?

The 13th June 1978

—:(O):—

# দুর্গা পুজানা লাকপদা

অহিংচুপা ডেউর তানবদা
শিথরবা শাগলনা
আফিসগী টেবিলদা ভাথডুনা
দণ্ডিনা ইখুৎকি কলম পায়রুবদা
অরাবা পোৎলুম ওনখি মিকুপ্তা।
হিংচা য়াইঙম্ব লানকমসিদা
মুংশিবী ইতা, মীকুপ অমতংদি নংগী রাবীনা
পলহল্লু ঐগী পুন্সি মিকুপসে
অরাবা লানকমসিদা পাম্মুনা
চাইনপুংদা লৈরাংগী মাইথেংনা।
খল্লুরে: দেবী পুজানা লাকপদা
শগোল শামু হি দোলাইগা লোইননা,
লৈরমখিনি ভাইডুনা শাৎলমখিনি
কাং-মপাল ক্যামলৈ মখোংদা
অশংবা খম্বাল খোইনৌ খম্বাংচাক।
ওন্থোকপনি ভাইরমদরে দুর্গা পুজাদস্মু,
স্থল কমল শাৎলমখি
অচিকপা অহিংগী লম্বিদা।
কনানা কনাদা রাকৎলুপদগে ইতা
হিংনবগী কুরুক্ষেত্র লানকমসিদা
শ্রীকৃষ্ণনা সারথি ওইডুনম্মু।
The 14th Oct. 1977

# অসিদগী হেন্না ফজবা কদায়দা লৈরিবগে ?

## I

কুমারী ওইবী যুবতীশিংনা
পুথ্রিদা লুপলুরগা, তুলসী মখোংদা সন্ধ্যাগী
ধুপ, থাওমৈ থাহনা খুরুমজবা অসিদগী
হেন্না নুংশিজবা প্রেম ভক্তি অমা লৈতরে,
উরয়োট অতোপ্পা অমা হে: ভায় বন্ধু !

## II

অঙনবা অয়ুক্তা লৈশাবীশিংনা
অন্নবা অচৌবা পুথ্রিদা লুপলুরগা
নাকন্দা সনাবুল রেপ্পুনা কায়কপা
অসিদগী হেন্না ফজবা অশেংবা অমা লৈওরে !

## III

অয়ুক য়াহাংবকপদা
নুপীমচাশিংনা মায় তাথোকপগা
গোলাং থম্বা লৈ-খুন্দনা
মালিকা লৈহাও কুসুম,
খওলেদনা বন্ধু ! কনাগী মনাক্তা পুরিবা
অসিদগী হেন্না ফবা ভাগ্য কদায়দা লৈরিবগে ?

২১ পোইলা জেষ্ঠ, ১৯৮৫ ইং।

# শ্রীশ্রী বৃন্দাবন

ইমাবু বৃন্দাবন্দা পুনিংই, বৃন্দাবন দর্শন কংহন্নিংই, ঐহাকসু কংঙমজ্রবা বিন্দু, পিঠ অদু অমুক্তদি য়ৌজনিংই; ফিভম মন্থরবা, দেহ মগুরবা, রাখলনা শোইরোম্বদা— অথাপ্পা লম, অচৌবা শেল পুক্কনা চৎচক্রবা ঙমগনি নিংদে। থম্বাল মনাগী লৈকা লৈরিক লৈয়োম্নুংশি খোইমু লমহেনবা, শাগল শোনবা, কৈদৌঙৈদি ভক্তি খোইহিসি চুপচগবা থম্মোই তিংনা? অনাবনা তৌবগুম চৎসি কদায়, চৎতসি কদায়, মতমনা মাংদা লেপলি— লাংবল তর্পন থা, বোকুল লৈরাং চোইজাইনরকপা সিঙ্গারৈনা কেল্লগা লৈশক তাকলকপা মতম, রাহোংনা জগোই শারকপা থা, মেরাগী রাস পুর্নিমা নংনবা চৎকনি হায়রি। ইমা শোন্দম নাদহবু রেলগাড়ীগী খোঙচৎতা ইতোমদা তঙা-য়কদবা নত্রবদি, ইকোম কোম্নদি চৎলোই। অনকপা বস খোংবুদি চৎকনি মীং হাপলে হায়রি। ইমানা অমুক নাহেবা, ঐনা অমুক রাখল শোম্বরকপদি 'তির্থ ভ্রমন' সিগী দরখাস্ত থাসিরা, থারোইসিরা খন্দুনতা শাম্নবদা অরেপ্পা কংবা ঙমদে। মতমসু খুয়োনরি; য়ুম হিঙ্গোল থাদোক্কুনা চৎপদা হেন্না অরাবগী মশক ওইখিত্রা খল্লি। অথিবা শককমদি য়েংবগী মহুত্তা, এরুবা কত্তবা হায়বগী মহুত্তা থাপ্পা ভজন তৌবা মরক্তা য়াওজরুবনা কৈ।

নারবদি চৎলুনসু হায়রি। চাওরবা নোংশানা খুমাং হোরৎলি; জয়ালজনা মশা ঙমজ্রিঙৈদো থম্মুই মাংডি, হায়রমই।

হৌজিক কালদা চৎত্রে কৈদৌঙ অনুক চৎকনি? গুৱাহাটী ফাওবা য়ৌত্রি, ব্রহ্মপুত্র উত্রি—মীনা ঙাংনবতনি তাত্রিবা। আহ. খঙলে হৌজিক, 'অমম্বা নহাক্না কৃষ্ণনে, অঙানবা নহাক্তি রাসেশ্বরীনি' হায়এ। হে রাধে, মুনিশিংনা হায়রবগুম ঐহাক মতৌ তমত্তুনা শোকৈ—নহাক্কি চরন কৃপানা বৃন্দাবনগী ভাবপু মিকুপ অমতম্তু তৌজগদবনি; 'শ্রীকৃষ্ণ রাস-লীলা'দা ইবিরমই, লাইবককফবনা থেংনজরুরে "ঐগী থম্মোই অসিদি অমম্বনি, নঙগী কৃষ্ণম্তু মমই, অমম্বদবু অমম্বা করম উগনি? ইবেম্মা নংগী মঙালনবু তাত্রবদি........"

বৃন্দাবন্দি থাবল কোটিনগী হেন্না ইংনা ঙাল্লি থম্মোই-নুংদা, মপান্দা মীংকি কুয়োম্না মায়াগী মহৌশা শককম উরি। হে: বৃন্দাবনেশ্বরী, নহাকপু খুরুমজে। থম্মোইদগী ফাওত্রবম্তু, চিনবান্দা পল্লে, মসিদি ঐগী চিনসিনা লৈশি-লৈথোন্দুনা ফজবা মালহনবনি, থম্মোইনুংদগী নত্তে, অহু ফনা ওইত্তুনম্তু নমত্তুনা শোন্দি শোল্লেদনা। রাধারানী!

* * *

হৌজিক্তি করম্না বৃন্দাবন চৎকনি? মৈ হৌত্তুনা চাকলে, অহিং নোংশোইবা তুমগেদা য়াত্রে; অহিং কুংথিল চপ মান্ননা ফমুংদা হিপলগা করম্না য়ুম থাদোক্না চৎপা ঙমগনি, ইমাম্তু নারগা ইবানি, লংকৈদা মীগী খুরৌ থাংবা ওইনা থোক্লনি; হৌজিক্তি চৎলরোই, চৎপা ঙমলোই; য়ুম হন্দোক্না চৎপদা

য়ুম শংবা ওম্বা ইচিল-ইনাওসু লৈতে। ময়ামগী মরক্তা অমুক তোকলগে হায়রুবা তাবি, মরমদি অনা-অয়েক্তা হোৎনজবদা ইথৌ অমতসু হন্না য়েংলুবা ওমদ্রি; ওদ্বোকপনি, L.T.C. দরখাস্ত থাগে খল্লম্বা তুমিন্না তোকখিবা তাবে, তুমিন্না অমুক লৈহৌবা তারে।

পক্ষ অমদি (চয়োল অনি) ঐহাক্না ওা অমুক চাখিদ্রে; ঐগী ইনশাং তেকোৎতা ওা মনম নমদ্রে, ওা মরু—শক য়াওদ্রে, য়াইওং মসল্লা থাওগী অকিবা মরেক লৈদ্রে। ঐহাক্না চাবদা য়াই শংলে, চিনবান, খুৎশা, খৌনাও—হকচাংগী পার্ট অয়াম্বদা ইচম চম্বগী শংঙাইবা ফংলে; মসিবু ... হুন্দা অনা মৈচাক খঙলমদ্রবদা খংশিগদ্রা? 'খুদোংথিবা হায়বসি তমথিরবা গুরুনি'। মিকুপ খুদিংমক খোদোক খুদিংমক ঈশ্বরনা ঐখোইগী ফনবা খোঙথাং শেম্বিবী হায়বদু চুমলে।

ঐহাক্না চা নত্রগা কফিদি অমুকহন্না থক্লে মতমসিদা। চা-গিলাসতা পুন্সি মশিং অমুক ওল্লদ্রে; চা কপ হুৎতা পায়রুবা মতম লেম্লবা খল্লে, চা থাদোকপদা য়াই অমুক শংলে। হন্না হন্না খল্লবদা, থাদোকপদা আনন্দ (য়ুংঙাইবা) লৈ, লৌশিনবদা অরাবা পিকশিনবা লৈ। থাদোকপা—ত্যাগ অসিনা মমঙ নাইদ্রবা হয়াওবা তমা চেন্সিল্লকই। পিথোকখ্রো, শেংদোকও য়াই শংজরো নথঙতনা; পৈশিনবা অমত্তং থমজিনবগী অকিবদগী নাম্বোকহৌরে।—' অসিগুম্বা য়াইনা থম্মোই থল্লে।

মৈথুগী লকাংদি থোপতা অমসুং থম্মোইদা অমুম মচুদি, চুরুপতি থাদোক্লি, অরেম্বদা মতম অমুক ভাইরি ; চুরুট বিড়ি উপু কয়ারক শেগাটহুনা লংথোকপ্রবনি, ঐতা থকথ্রোই হায়হুনা। মক মন ফুক্তুনা লংথোক্লিমথৈদি কান্নবা অমুম হৌখিগদৌবি হৈনবী পাম্বী অসিসি, [মাথা থরাথ ওইরবসু চুরুটতি অসুম থকই] আশাদি থাদোকপগী কৈদৌনুংদা লেমনা তোক্কে, মতম অহু খুৎচাবী ঐগী কংখিগনি।

* * *

'বৃন্দ বন লমজিং'—কয়াদি ফজে ! লৈখিত্রবা ৺ওজাহুগী শঙ্কায়দা চৎহুনা, থ যনগী Store দা চৎতুনা কপি অমতং মচিন্ত্রা থন্দুনা থিরুবদা লৈবম.দ, কুইনা লোইশ্রবা লাইমিক ওইবমই। ঐগী কৌটাগী শেমকু মচা অনিদা অচোইবা শেল— অমমম থাদখি -'জয় শ্রীবৃন্দাবন !' শোন্দুনা, বৃন্দাবন দর্শন ওইদ্রিকাওবা কাযথোক্তনবা ; নারুবদগী অমুক লেপপ্লে, রাখল থাদোকখ্রে। নারিঙৈগী মনুংদা হিদাক লৈনবা লৈতে, ইমাবু পিহল্লি. ঐ শিগদোরে হায়হুনা ইমাদদা মতকই; অহুনা 'অয়ো ইমা !' হায়হুনা অতোপ্পা লাইকমগী রাখল থাদোকই। অমুক অমুক নিংলুবা কয়া তুমিন তুমিন্না অমুক থাদোকপা তায়। মণিপুর সনা লৈবাক্কি নত্রগা ভারতকী কদায়দা চংকম লৈবগে ? জীব অমগী অরাবা কোরুকম কদায়দনো ? থৌজিল্লকপা লালগী খুৎলায়দদি লেপত্তে, করিনা ভাকনি ? চেনশিল্লকপা

সংসার ঈপাক্কি ইচাওদি লেপ্পা লৈতে, অদুনু থিওবা ঙমদে হায়রুনা ভাওথরগত্রা ঈরায়রুনা ? তুমিন্না লৈথোকইবা কম্বি- গীনো ? তুমিন্না লৈথোকইবা করিগীনো ? তুমিন্ন লৈকম থোক্কেনা।

ইমানা অয়ুক অমদা ঐবু কৌশিল্লগা হায়ব. –"হন্দক্কি বৃন্দাবন খোংহৌশি কুদোং চাবোইদোমাল্লে, মতুং অতোপ্পা খোংবুদা চৎশি..."। ঐহাক্কা হান্না লেপলমবনি --"ইমা, ঐখোয়গী ক্বিভম অসিদা চৎপা যারোই, লংকৈদা দশা তাহনা তোক্কনি, য়ুম শংবা ঙম্বা অমতা লৈতে মৎং অমুক ঙাইবা তারে, ঙমলরোই হায়রুনা LTC) দবখাস্তগা অমতা থাত্রবনি"-খুম্মি। রাখল মাঙলোমদা চংশিনগে ভৌবম্বা অদু তুংদা অমুক লৈথো- ক্কনা লৈহৌবা তারে। লাক্লিবা ঈপাকসিদা তুমিন্না করম্না লৈগনি, কবম্না হোনগনি হি। 'পুন্সিদি লানক্ষমনি' হায়বা ভাব অমদি অতুম মরৈরে। পুন্সি মখল কযাগী লানক্ষমনি। লানক্ষমদবু নহাক করম্না থুংলায় পায়রোইদগে ? লানক্ষমদবু করম্না হাৎলোইদগে ?

লৈরিবা ক্বিভম পুম্নমকসিগী মথাদা ( এক পাদ ন গচ্ছতি ) ঈবুংঙোদি খোঙকম অমা লেঙদে হায়বা শ্রীশ্রী বৃন্দাবন দর্শন অদু মতম কক্কনা ( sine dine ) য়েথোকখি। .কৈদনো বৃন্দাবন ?

April, 1982

—:(o):—

## ★ ফাইরেনগী অহিং

নংনা জমিন্দারগী য়ুমদা চৎখিবা মিকুপ্তো
দেবদাসপু খক নিংশিংহৌত্রা পারু?
নংনা নশানা য়ানা চৎনিংনা চৎখিবদা
হয়াওজবনি দেবদাসতি—নংগী য়াইকবা খন্দুনতা।
করিগীনো অছুবু নংনা লুহোংখিবদা
মরক মরক্তা দেবদাসনা মায়থোং মকশিল্লিবা?
পৃথিবীদা অহাংবা মালং ওইনা?
লম্বী খুদিংদা লমহাংনকম ওইনা?
পার্ব্বতী, নোংমা নহাক নপামদা লাকখি,
নংনা 'য়ুমগী লৈতেং' ওইখিবদা অথাপ্পা খুলগী
নোকখি নংগী দেবদা কপ্পা কপ্পা
কপখি নংগী দেবদা নোক্পা নোক্পা;
নংনা য়ুমদা লাকখিবদা পার্ব্বতী,
খুৎ থেক্তুনা পাখি দেবদাসতি অহিং নোংশোয়বা
"শিবরাত্রি—কয়ানি রাংলি?
ঙসি শিবরাত্রিনিকো পারু?"
ফাইরেনগী নোংনা তপ্পা তাখি শুমাংদা
অহিংগী অথেংবগা তায়হুনা।
লৈনৌ-মপাল নৌহৌননা শারকপদা বসন্তদা

অশিৎ-অরাম্বা অমুক লাকপদস্থু নাকেন্থাদা,
নিংশিংলিত্রা দেবদা নকোক ভাওরি ভাওবিনা নংগী পারু ?
মমাংঙৈগী স্কুলগী মতমদো
অমুকহন্না, অমুকহন্না নংগী পার্ব্বতী ?

কাইরেন তাং ১৭/২/৭৬ ইং

★ দেবদাস অনিরক হন্না পাবা ওমদবদগী ইথিবা।

—:(O):—

# হুংশিবী শুমাংগী মালিকা

হুংশিবী শুমাংগী মালিকা,
মেংলবা থাবলগী মঙাললা
থোংলবা তুখোং য়ৈবদা
নিং-তমজৈ অক্কা-অপুন নাম্হোক্ক্‌না।
নংগী শমলাং পুমলুপ লুপ্পা
চাইথরক্লপদা নোংগী ইরিক্কা
পেঞ্জে অমুকস্থু নৌরবী মালিকা।
শজিবুগী অকনবা নোংলৈ হুংশিত্তা
কেল্লনি শংবান্না লৈমাইদা
শোল্লবা লৈখোক্তগী খুৎ থাদোক্ক্‌না।
তমথিবা বিধাতাগী নোংলৈনা
হুমলরবদা ঐগী লাইবক্কস্থু
চাইখায়রনি মপুগী থুয়াদা
ঐগী থরাই চোইজাইননা
খাঙবা ঙমই পুন্নমক অশেংবা থম্মোইনা।

—:(O):—

# ফংত্ৰবা লাই হিংচাবশিংনা ফুৰদা

ফংত্ৰবা লাই হিংচাবশিংনা ফূবদা
        কাইখ্রে থম্মোইদি মচেৎ মচেৎ তানা....
হুৰঘূন, হুৰ, মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংনা
        তোইহল্লে থম্মোইসে হেম্না হেম্না
মুংশিবী মাদি ওঃ হেম্না থাপখ্রেনে।
মনা পাকপা (কুচু ঙাংলৈনবা) ময়াচৌবা লাইশিংনা
        থুগাইরম্নে থম্মোই হায়জ-হায়জরগা
মুংশিবী মাদি কদায়দনো থজখ্রেনে।

Imphal                The 23rd July, 1983

—O—

# কোকিলগী খোঞ্জেলস্থু অশোংবা তুরেল ৱাংমদগী

কোকিলগী খোঞ্জেলস্থু অশোংবা তুরেল ৱাংমদগী
মুংশিবা হেল্লি লোর-লোরগা।
থৱানমিচাক অমতনা অহাংবা অতিয়াদা সন্ধ্যাগী
তনিক তনিকহল্লি পুক্লিং মুমিৎনা তাখিবগা
থৱান মাগী দোষ লৈ নাইতোম থোকপগী,
মুংশিবী মাগীস্থু মরাল লৈ লোমা লৈরবগী
অচিকপা খম্মোইনুংসিদা তুক্কক-তুকাই চল্ল-চল্লগা।

The 28th May, 1983

—:O:—

# সনা চহি অহুমগী খুংগু খুংলায় উপু

কালেনগী নুংথিল, নুংশান্না মৈপা কন্না শাগংলকলি, বসগী টিকেট লৌকমদা মীরক্তা চংশিল্লুই; মশিং খঙদনা থারিবা গাড়ী ময়াম মরক্তুদা কোইথি থি গাড়ী নম্বর। হকচাংনা মক্না লামখিদে, অইংবা লৈতে; অচিক অশাগা লোইননা বসতা ফম্মি, ঐজ্ঞাবোক্না করি করিমো ঙাংলি, থোইনা পুক্লিং চংলুদে। কাছাড় তমপাক—কজেদা তুমপক তুমপক চিংচুম মচা, পাং মচা খোঙ মচা—ঈ্রামাগী শিনগা করিস্নু খেম্নদে; অরাবা অমহুং হায়ববু—মী, মীনা প্রকৃতিগী শককম শোকদবগী লাক্নরি—বস মনুংদগী উরি থেংঙু থেংঙুবা খুদিংদা। থেক খোইবা অনেম্বা চিঙ্গোলগী লম্বী, ঙেং....ঙেং.... পোত্থাবা লৈত্তনা চংশিল্লি মাংদা। নুমিৎ তাখিদোরে মতাগুম, আহ, নুংশিবী বরাক্তি তুম্নিন্না নাথৈহোরে, তান্না লৈহোরে, কাওথ্রে খল্লগে নুমিদাংরাইদিদি, কদোমদা চেনথ্রবগে মাইগৈ খঙদে।

নুমিৎকা বসগা তান্নরম্বা হৌজিক্তি নুমিৎকি মৈশা নেম্নথগ্রে, কাছাড় তমপাক হন্দোকলমলে, অরোইবা মীৎয়েংনা য়েংলমলি—মাল্লে সনামচুগী মঙালনা অহাংবা নোংজাবীগা লোয়নননা খরদং ঙাল্লমলগা অহাংবা অতিয়াগা অমম্বগা তিনশিনখ্রে; লেপত্রি গাড়ীগী চাকা; অমমম অনি'নি কুমথখিন্দুনা হল্লা কোয়েং য়েং-লুবদা মী ইতাক তাকলমলে, পম্বুং য়োশিল্লকলে, অমম্বা লোবুক

লমহাংতুদা গাড়ী থারে; থাদল থরা থরা ওাল্লি; কালেছোরা—কৈথেল পোৎকমদা (কমলিনীগী ইমা) ঐখোইবু ভাইরবগুম ঐত্তাবোক্লা চিপক্লা রারী শাম্নরগা ঐনা তুং থংহনা খুদংগী লৌবুক্কুদা চংশিল্লী। লম পুম্নমক ইহাং হাংই, রাখলম্নিংু হাংই, য়ুম অসিদা চংজিন্নবথে।

মীগী য়ুমদা থুংবগী হৌনবা ইহৈ হৈমদে। ইমানা কৈ-রকপা খঞ্জিং অচৌবতু থোংভি, ঐগী কমুং-কাংখল কজনা থা-বিরমই। কমলিনী ইমাখোই ভাংনবসু ভাই তুম্না তুম্না; কন্নি রারিনে। ঐনা রারী মতেক মতেক লিখী। কন্নি মং মংখিবগে অহিং অদে। মীগী য়ুমদা থঙদে। ঐগী চৎন্নেৎলরবা মংগো লাকখিবা থঙদে। উচেক যাৎ যাৎ খোঙবা তাম্নে, 'অয়ুক য়াকাইরো' হৌদোক্লরে।

কোক্ত থুদৈ অমা য়েংশিন্দুনা মনিংলোমদা চংশিল্লি, লৌবুক্লা শন্দোক্কুনা লৈরমই। ইংখোল মনুংদা হৌরিবা রাগী রাপল মরামদো য়েংবদ ওলাংনিংভাই লৈতে। রাশা থেক্কুনা চিন শেংই, পুখ্রিদা চৎতুনা হকচাং শেংদোকই। ঐগী হকচাং ভৌরিবা পুম্নমক্তি কাওথোকপিরবা, থাও থাকপিরবা Condemn তৌরবা মেছিন অমদগী হেন্না ওইরমজে। অয়ুক্তি অঁইং অথাদি ঈশিংদা হকচাং লুপখোকলিবমথে অহুক শাস্তি লৈ; অয়ুক-মুংখিল-মংখাং চপ মান্নৈ।

ভৌরুনবা লৈভোই, মহুপ কুপলবা, অহাঙবা খুরানা পৌ-কপদা তম্লিং তয়িংলবা, গুমাংগী মতাকবা লৈভোই লৈথাক,

ইংখোলগী অকোইবদা য়াইমরপ চাওবা উ-শিংনা, কা পাম্বীনা পৌয়পনা কোইশিল্লবা অপিকপা লৈ-গুশিংনা নেম্না ঈশ্বরগী খুয়াখাদা নোল্লক্লা শাৎলবা, উগী ঈশাদা নাপু মচু, উৎমচুগী অপিকপা খৈবোইশিংনা নোংথাংগুম্না খঙহৌ উহৌদনা উশা অমদগী উশা অমদা চেন্না চোংনা উহৈ হেক্তুনা হবাওনা চারি। নৃমিৎনা ঙাংনা রাংনা তানখৎলকলিবা য়েংহুনা কোকিলনা নক্লা অরাংবা উতোন্দগী লেপ্তনা কৌরি—কুউঃ কুউঃ শুনাং মতোন্দা চৌকিদ্রা অমুক কমহুনা, অমুক হৌগৎতুনা, ইতোমতা য়েংলমই লোন্না লোন্না। মবকসিদা ক্রিঙ্গোং-কাঙ্গোং খোঞ্জেল অমুক অমুকখক্তা তারি; ইমানা ইমুংদা চা থকলো কৌশিল্লকই চেংপাক কবোক চামচ লকোই অহুক য়াম্না।

* * *

কাটাখাল তুরেল অমুক্তা উদ্রি, কয়া উদ্নিংলমই, অতৈ য়েংনিংলুবা কয়াদগী হান্না। ইনাওশিংদা হায়, "তুরেল হান্না অমুক্তা য়েংশিবা" "য়াম্মুং তুরেল মপান্দা এখোয়না চৎকদৌরি-বনি। কাটাখাল, জিরি তুরেলদগী হায়ক্কেৎতনি হেল্লমগদবা"। লুসাই হিলসতগী ঙাওনা কৈনা চেম্বরক্তুনা মিৎ পেন্না চেল্লি; ইচেলখক্তা হি মতুপ মতুপ থাংলি। এনা য়েংনিংলম্বা—ময়ামগা চৎমিন্নরম্বদগী লোন্না লোন্না লৈখোক্লনা য়েংই, য়াপল মরুমদগী অমুকন্থ য়েংই কাটাখাল। হিদেলদা লৈশিন্দুনা অমুকন্থ য়েংই।

লম্বীদ। লৌবুক ময়াগী অচৌব। পল্লিদা হুত্তনা লৈখুল অচৌবা ময়াম অমা লৈরমচ। করি মকোলনো' সিদি?'— ঐনা হংঙি। 'উচেক শর্ব্ব'। হায়বা শাহুগী মরমনি' হায়এ। তাদ-তাশিন্নু কনানা খংগনি?

মুমদা ঐখোই মরিনা হঞ্জিনবদা ইচিক চিকলমলে। সুম্মিৎ য়ুংলম্বদগী লৈথগ্রে। থুলগী মীপুম খুদিংমক্তি খরনা চৎনখ্রে, খরনা পোখানখ্রে। চাকলুক পরেং শানা কমহুনা চামিন্নে, ইনশাং মথেল—কোয়না চৎলুবগী খোরাংবহু ঈশিং ইচম চাইশেল থাজ্জৎহুনা থকপদা পেল্লি; ঐখোই অমতনা কনাবুন্নু করিবুন্নু রাৎলে-খোৎলে হায়রুদে; কমলিনীনা ঙারৌ লৌহুনা হাপই, চাক য়েংহুনা হাপই; মঙোম লানশিন্নকই লকোই—মতাং চানা। কনা'মতন্নু রা অমতা হায়দে।

চাক তোকলগা কমুংদা নন্নগা লিকক অমদা পোখানবা হায়। হৌগৎলকপদা মায় তানবা ঈশিং, চানবা সিতাফল থম্বিয়মই ইমানা।

সুংখিলদদি ইনাক্তা ইচিল ইনাওশিং লৈরমজ্রে, ঐনা লম-য়েংবা চৎকনি ইখোঙসিনা অঙম্বা, থুলগী ওমখৈ লাম্না, লম্বী লমশাং তুংইন্না; কোঈলাস থাগ্রিবা লম্বীদা খোংকাপ তপ্না অমুক, চাওকাম অমুক, অহল ওইব। কমাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হুই—" ইন্নাখোই, থায়নগী অহংলশিংনা হায়নবা সনা চহি অহুম হায়মবদো কদোমদনো খোঙ্গুল লিজগদবা....?" ইবুঙো মাংদা চৎখৎলু, নিংথৌ লৈকাইদা হংঙ্"। ঐহাক্না চৎপা লেপতে।

তুরেলগী ইরেলনা কয়া কয়া ঙা-থেংলুকম—অহাংবা অতোংবা ইংখোল লম্পাক অমা, মনাক্তা কুইরবা লম্বী, মনাক্তা লাইওইরবা চাওরবা তেরা পাম্বী অমা তুমিন্না লেপলি। মকমসি কনাগী ওইরিগবা? ওস্থোয়া ইংথ্রেদা, ঙাইহাক্তা নাপী মথকসিদা তুমিন্না কমতুনা কাটাখালগী ঈ:চসি য়েংখিগে, ফুরিৎখাওদগী চুরুট লোথোক্তুনা চমথৎলি, অয়া পোথারমই। য়াম্না চিকই, মুংশিৎনা হকচাংদা থবাক্লি কুদাম হাইদোক্তুনা লিংশিৎ-লমলগা হন্দোকখ্রি, ভোর্ব্বান অদু ইরৈনা থেংখিবা য়াংনা ঙমখি, কদায়দনো সনা চহি অহুমগী য়ারী লোৎলিবা মকম? কুইনা কমগে খল্লক্তে, হোৌগৎতুনা চংশিল্লি; মাংদা কাটা-খালনা চৎথুন্নু মতাগুম কৈংাক কৈনা থৎলমই। ঈমাইদা হিজাও লৈরি, খেওয়া লানগাংৌরি। মী কাঙলুপ কাঙলুপ খোঙমুংদা কুমথখি, হি লাক্পা ঙাইরি য়াংমদগী। য়াংনা চংশিন্নুনা হিন্নুংহুদা কাখৎতুনা উকৈতুদা কমই, লৈশাবী কয়া য়াওরি মেট্রিক পরিক্ষা হল্লকপগী। চোক—চোক—নৌ চৈঙাক অমুক-অমুক হোৎলি, ঈচেলদো ওস্থোয়া তপথ্রে, ওস্থোয়া ইংথ্রে, করিমতা মোংহাদে, মুংশিচাওবী ঈচেল, কদায়কাওবনো তুমিন্না কৌবা খুমদনা চৎখিগদৌরিবা? য়াংমদা হিজাওনা থুংবদা পুপ-পুপ কাখৎলি, মুমিৎ মঙখিরোই, বাম্যোন লৈকাই পল্লিহুদং য়োবদা—ওহ! কাদোক-শংদগী থাদোক্লকপগুম থয়াই হকচাং পুম্নমক, য়াখল পুম্নমক মিৎয়েং পুম্নমক মপাল্লনাইদনা অতিয়াগুম হাংথুনা, মনিংতমলবা ইংলবা, পুক্নিং লেপ্পবা দৃশ্য অমা মাংদা ঙমখৈ নাইদনা লৈখে।

শিক্লুপ খরদং পুম্নমক কাওথোক্তনা লেংবা লৈতনা য়েংঙি, পুক্নিং হুখ্রবা লৌবুক ঙাক্তনি ; শাক্তনবা মুমিদাংরাই মুংশিংনি। লমজাওকোনগী মাল'বা কৌবদি চাওনা চাওনা হুমলিবসিনি— ইনাকসিদা : লৈহৌপোকপম, বেতলা, মধরীপার.......।

মাংদা য়েংলে পুক্নিং হুনা মুংত্তোল্লে য়েংবগী পেনবা ঙমদোইনবা তত্তম্না অমুক লেপই য়েৎতা অমুক লৈথোক্কই, 'ওইদা অমুক ওল্লি, নত্তিৎ তাশিনখ্রে অমুকহন্না চংশিনবদি য়াংরোই ; অথাম্না চৎখিব্রা মী অস্নুম অস্নুম লাপখ্রে—far, farther farcherer.... ঐহাক্না অমুক মায় লৈথোক্তনা য়ুমদা হনব লম্বী তমলে।

কালাপাহাড়গী অরুবা চিঙ্গোল মরক্তা পাৎকী ঈশিং মন্নুংদা, 'সন চঙ্গি অহুম' গী খুৎত্ত-খুৎলায় পুরান পুয়া উপু য়োৎলিনা পুন্নুনা লোৎলম্মী ; মী চত্তনদবা কিনবা অস্নুকপা লোক্তা ' তৌজিক্তি চৈংয়া অকোইবা বাঙ্গলাদেশীনা ঙম্না তাশিনখ্রে। মক্মহুদা য়োৎিংবনা ঙম্না ইনাওশিং হৌই ; অদুবু অথোইস্নু চিঙ্গোলগী লম্বীশিংদি কাওখিরমলে, মাম্নবা লম্বী ও ক্তনি। তংবা কনবগী মতিক চংশিনবস্নু খোঙথাং লেপতে। ল'ইকম্ তিনকম্ কনবা, অনকপনস্নু চত্তনবা হঙ্গোইবা মকম— খোঙলম কয়া, পাখি কোমখি কয়া লাম্থোক্তনা উনা হাই-দোক্তনা চংশিল্লি ; জাগাসিদনি মকমদো তাকঈ অহুবু খুদমদি মচেৎ অমতা খত্তেে ; পুক্নিংদদি থাজৈ—অসিগুম্বাসিদা ওইরমগনি, য়েল্লি—চরাংনস্নু পিকথম্না হৌই। লোক্তি ঈশিং চৈত্তাক মরেপ কংদে তাকই।

কালাপাহড়গী চা বাগান্দা সাহেব অমা লৈরমই। অচৌবা য়োংলিনা উজাওদা পুম্নগা চিংখৎপ' ৎমদবা অমা তশেং তশেংনা লোকসিদা লৈরে তাবদ: কুলী ময়ামগা শাগু পুরক্কনা চিংখৎননবা হোৎনখি, য়োংলিহুনা তক্‌না তোকখি, খিরিবহু কান্নখিত্রে অহুদগী হৌনা য়োংলিহু লৈবাক্তা কংমজিহুনা মচিন খংখিত্রে উখিত্রে। সাহেবকগী মমংদা হায়রমই হায়রি—"মানা 'তৌরিবা থবক্ক অমুকহন্না তৌগনু, অমুকহন্না শন্নবদি মহাক শিগনি...."।

অনকপদা হংলুবদা য়োংলিহু লৈরমই, লিকাই লালহৌগী (Sepoy Mutiny) মতমদগী ওইগনি উরুবগী য়াদি মী খরদগী মখুৎতা লৈ। কালাপহাড় কজরবা লমহাংনা কোম্নশিনবা বরিষাদা ওমখৈ নাইদবা পাং ওনবা ঐখোই অহুম চৎমিন্নবগী মহুংদা ঐনা খোংকাপা খরা কলি, মরমদি থরাই য়াওবা ঐনা খরদি হেল্লি। অমুক চিকখুবা মকমদা কয়ম্না গুরুহুনা খুৎলাই লোৎলম্বা? ভারত হরন্দা আজ্জম্না ক্যামলৈ মতোন্দা খুৎলায় কিজেৎ লোৎখি। কনা লাক্কনা খুৎলাই পায়রখিনি কনানা খংগনি। অহুবু থম্মোইদদি কাওবা য়াদবা য়াখলহুমদি পুহুনা চৎলি, মুংশানা কোক্তোন লানশিখে। লোকি ঈশিং ঈকৎতা লৈশাবী মচা অদুনা মথন্নতনা ঈশিং শোক্লমই, নিম মচুগুম শংত্রিক শংগি, অসিগুম্বা মকম অহুম মরি কনানসু শোকলুত্রেবা ঈশিং চংশিন্দন্না খুজোক্ থন্না থকই, খৌয়াংবা কোকখি। খুন্দোন্ য়ৌশিন্নকলবদা খুঙ্গা

অচল অমা থেল অমদা কমলমই, মনাক্তা কমথহুনা রারীহু তমই, অথঙবা অত্থুগী অহু তমই ঐখোইদা মথা থোইদোক্তে। মাইগৈ সোমদগী ঐনা থিরুবগী পুক্লিংদা নুংঙাইবদি অমুকহন্না চংঙবা কংঙয়োইদবা লাইগুরুগী রারী মকমহুনি। হৌজিক্তি খঙলে, মহাক নোংমা ভোর্বন্দা ইথস্তা কমহুনা ঙক্লা য়েংহুনা কমলুবা মী তাকথ্রবা হিঙ্গোল মকহুদা 'সনা সঙ্গাই' তম্পাক মুনকম' ওইরমই ; মতিকচায় মকমহুমক সোয়োক মপালমক্তা, চিংননিংঙাই লৈতে। কোইনা থিরুবগী নুংঙাইবা মচেৎ কংঙি।

প্লেন টিকেট হান্না (advance) ককপুবগা কুইনা অমুক পম্থনিঙংই লৈতে। ইমানা চৎলমদাইদা লুপা ১০/- ফুৎরিখাওদা হাপচিল্লকই ঐহাক্না য়াম্না ঐহাক য়াম্না হৈনজবমদে, পিরমগদবা ঐনা করিমতা পিমবদ্রে অঙাংশিংগী। ঐস্তাবোক্তা ঐখোয় অনি সোয়োককাওবা কমলিনী ময়ামগা লোইননা থিন্দোরকই ; মোগল লৈশাবীগুম্না রাং চাওরবী নৌরিবী কমলিনী ; বস লাকপগা কাথৎলি, 'লৈাহাবো' হায়রমই। অমুকহন্না উন্নগদবা মান্দে। নব্লা য়াক্না শাগৎলি, বসনা মাংদা চেনশিল্লমই। থুল অমদগী থুল অমদা, লৌবুক অনদগা লৌবুক অমদা........।

লম্বীদা মী কয়া তোংখংলকই কয়া কুমহৌই। পাৎ চিংহুমগী দৃশ্যহু য়েংবা কনা নুংঙাই; মাংগী সিটতা কমলৈ কনেক মপাল নাইবা শেৎপী, বেনী লোনবী মুপী, কৈজোম তোমাল শেৎপা মুপা অহুবু লোনদি অতোপ্পা ওইরম্রে, 'ইবুং তাদা' হায়রবা, কিজেৎ শককম অত্থুতনা চিংশিল্লি, করম্না থালিসা, বিষ্ণুপ্রিয়া

ছায়খিব্রা। লমশাং থংখিবা খংহৌদে য়ুম নকল্লে, ত্রেসল ময়াদা কুমথৈ—ঐঙ্গাবোক ৱিকসাদা চৎহনখে—ইথঙ্গা কোইদা অমুক চৎলি, চা কপ থকই। মুংদাংগী ইলেকট্রিক থাওবৈদা ঙাঙ্গূনা মিং থকহল্লে, অইংবা তাঙ্গোক্লখে। য়ুমদা (ইতৈমাগী) থংবগা-কি হোংদোকতনা কমুংথঙ্কা লোংনা পক্সাক তায়, য়াওল্লি থরো থরো—উমংদা শা-কৈনা শাংবগুম (মচুপী শাক্রেঙ্গনলি হায়রক্র মখোইগী মগুং চেংহল্লিবাহু), কনাঙ্গু নিংশিংল্লে, কাওথোকলে ঙাইহাক্তং ......।

হয়েংদি ঙম্মা ইমফাল য়ৌরগনি প্লেনদা। সাঙ্গোনা, ইতৈমা লোইনা অমুক বিদায় লৌরগনি। ফিরোল থপচিনহনা Air Bag মঙুংদা হাপচিল্লি অহিং পুচিমক চিকখে; উ-রা মরুমদগী খোংলকপা কৌজেং হায়ৌ নত্তনা।

চিংথৈ হুনবা অয়ুক্তদি বরাক্তা চৎতুনা চিন-য়া শেংহনা ঈরুজখোকই, ঈশিং ইচেলহুদা মপান্দা কুমথহনা হন্না ইন্না লুপই; অনকপা রাপান্স উপাল মরক্তা উচেকশিং লেপতনা খোঙলি। অয়ুক্তি অইংবা নুংশিৎনে—বোরাক্তি ঈশিং ইমায়নে, শুমিৎনা ঙাঙ্গাস্নিরকপনে—ঙসিনা পুমনৌ নৌবা য়ুমিৎ অমমি। ইমুংদা চংশিন্দুনা ফি শেৎচিল্লি, ফিরোল থুপচিল্লি চৎনিংবনা চিরেঙম তৌই। ঐনা য়ুম থাদোকপা কোয়চৎ চৎপগী কৌবিলো ঐগী উপায় মকম শঙদ্রে। অরাবা অকিবা তাপতি কেরৌঙৈদকে কোকপা লৈত্রে। ভুমিয়া উচুং পাম্বীঙম্মা কময়ুনতা লৈবক্তা

হেন্না মীগী পুজিদি তোংজবনি। ঐজ্ঞাবোক্লা চা কপ বিস্কুইট কবোক মুরী পুথোরকই। থৈবোং লকোই অচৌবা অমস্থ পিবকই য়ুমদা পুখিনবা। পুবা লুমগনি অমুক পিশিল্লি। সাস্তোনানা কাগী তৌরকই—'দাদা হোয়েন এরোপ্লেন মনুংদগী লকোই মকু থাদবকউ'। ঐজ্ঞাবোক্লা চবেং চবেং ঙাংহুনা কোক্তা নানবিবকই চৎলগে থুরুমজরুবদা। নোংমা নিনি তাংলদ্বা য়ুমহু অমুক থাদাক্লে, ইম্ফালদা খজিক্তং মৈশা লাংবা কোকদয়া, থাজবদি লাইরহুনা হেন্নহুম অন্নাবা হাপচিনবনি। Taxi না এবোত্রোম তান্না পুবদি হকচিক য়ান্না লাংখি।

এবোপ্লেনগা রাখৎলকপদা শৌবিং শৌবিং লাওই মিকুপ অমদা থোংলাওদগী মখাদা য়েংথরুবদা ওয়োক্লা য়াংনা মখাদা চিং-দোনগী চিংদোন ঙাক্তা ঙাইরমই—লাইমতোন চিংশাং চিংজোল মাপল হায়নৈ। মখাদা লৈচিন...., খন্না লৈরণা লোক্তাক—থাঙ্গা কাবাং-অহুদগী তুলিহল....। কুব্রিংখাওদা হুমজিল্লি—চৎলুবা মাইগৈ খুদিংদগী থোমজিল্লকপা চে মচেৎ--মনুংদা চেৎনা ইশিল্লবা, থাজরবা, সংসারগী অশিবগী মশক ওইরবা ঈপাকসি লানগনি খল্লগা হিগী মশক ওইবা নত্রগা থরাঈবু হিংচাবগী মখুৎতগী কনগনি হায়বা হুব্রিগী মশক ওঈবা....।

March, 1985

—:O:—

# অনৌবা নোং য়েংলুরগা রাধা

অনৌবা নোং য়েংলুরগা রাধা
নুংশাগী লৈঙোই ওনখ্রে রাখল,
বাশী খোঙ্গেল ঙাইরুরগা যমুনাদা
উন-রাইমুক চিকখ্রে পুক্লিং ।
অপিকপা থুবাক মরুমদগী
য়েংলুরগা অমংবা নোং
মিংথকি পি ইপোম হৌহনা
হে কৃষ্ণ, নংবু ঙাইরুরগা
য়েক্লবা হিংচাবশিংগী মথুৎতা
থাওবা ওমজন্রে গোপীশিং
অকিবা শকলোন লৌরিবা ঈমা কালি
কদায়দা থমখ্রে, নংগী বাশী ?

**March Final 1978.**

—:(o):—

# ঙাইহাক্কুংদি ঐ করিমতা খল্লুদ্রে

ঙাইহাক্কুংদি ঐ করিমতা খল্লুদ্রে,
নুংশিবা অমস্তুং কায়নবা লৈতবা কাচিন্দা
ঐহাক কনাগী মং মংখিবগে ?
তুমিন্না অহাংবা মালংদা য়েংহুনা
মাংদা পাম্মূবীনা চংখিবদা উহৌরব্রা ?
অমুবা শমলাংনা মচ্ছ পুবা লিনগুম্না
অথোৎপা থম্মোইদা থংপ্রেক থংনা চিকলবদা
খল্লুদে ঙাইহাক্কুং অমুনবা হৈজামপেৎনা
মথন্তা মাংজখিবা অচিকপা নুংথিলদা,
লৈতেম মান্নবা লৈমায়দা চোংখৎলকপা
অনেম্বা লৈশিংনা কনাগী মখা পোন্দনা
কনাগী রাখলদা ঙাওনা লেনখিবা ?
খংলুদে ঙাইহাক্কুং হুহুনা করি ভমখিবা বিধিনা ।

April Fool, 1978,

—:(O):—

# পোম্বী

হাংলবা খঙ্গোই পোমুংদা
পোম্বী নংবু য়োক্লে লাংজরুরা
ননিং থংলোই খঙমাল্লেদো
হেক্তা পাইথোকখিদো !

অহুবুনে রারৌজরোই থক
নংগী য়াইফনবুনি নিংজুনা
তৌবদদি ইতা, পোম্বী,
মকুম খুঙদনদি পাইখিনকো !
নহাক্না মিৎকুপ অমা রাবদা
ঙনলোইক্কো মিৎসিনা য়েংবা।

শঙ্গেনথোং,
The 30th Nov, 1976

—:(O):—

## পুন্সিসিনা কেম্লক্রবঁদা

অকংবা উনাগুম পুন্সিসিনা। কেম্লক্রবদা
উফুল ওন্দুনা খোঙনেংনরমদায়দা
কৌবিয়ু নহাক্না শকশঙননা
খোঞ্জেল তাবা ফংনা।
মতমনা তকশিল্লকলবদা চৎমবা
লেম্লিয়ু নহাক্না মঙলগী মশক ওইনা
উফুলং পকল্লিবা লম্বীগী চিদাম্মদা

—:O:—

# হুমনি পানবা থাজ

হুমনি পানবা থাজদি
উন্নগদবা মরম লৈ ;
কেন্ খিজ্রা গুলাপ্ খল্লিরৈভেদদি
ওঃ লৈরমদরেনে থাজদি !

অহিংসিগী অহাংবা অতিয়াসিদংদি
মুনা মুনা য়েংজরমগদরা লৈ ;
পুল্লিগী রাগ্নী মতেক ইরিবৈভেদদ্রি
ওন্থোকপনি চংখিরমলে থাজদি !

হেনকদ্রবা অহিংসিমতদি
তাকলমদনা মাংখরে থাজদি
পাকলবা অহিংগী অতিয়াদগী
উখিদ্রে কোইচেন চেন্দুমন্নু লৈমাই-থকসিদা ঐতনা !

তাং ১৫ । ৫ । ৮৩ ইং

অক্ষয় তৃতিয়া;
নম্বুল্লাকপা হয়াওবা

—:(O):—

# ইতৈমাগী টেলিগ্রাম

Jeni Devi expired on 14th Oct.:
Probha Mukherjee——17.10.

ইতৈমাগী telegram ঙসি ফাওবা পাওখুম পিবা ঙমদ্রি। কবম্না চৎকদগে ওন্থোক্পনি, ঐগী ইশাগী অমম্তুং ইমুং মনুং পুম্নমক্কা অনা-অয়েক, অনম অশা খুদোং চাখিদবদগী করি অমতা তৌইনি মাইনি হায়বা ঙমখিদ্রে; তুমিন্না তোক-খোকলে ঈশিংদা লৈতুম থ'নবগুম। মেরাগী রাস-পূর্নিমা নংনবা বৃন্দাবোন চৎকনি, পামম ইমা অমুক্তদি পুগনি খল্লুবা আশাম্ভ তোকলে; ইমাম্ভ নাইই ঐহাকসু নাই, ইচিল-ইনাও-শিংনা খুমশংবা ঙম্বগী ভাব লৈতে; আফিস ছুটি লৌগে ঐজ্জা-বোঙী কম্ব য়াওরুগে থোৎনম্বা তোকলে, কৈদৌনি ওলাংখা লাকলগা বনিগুম্ব চৎপা ঙম্বগী পঙ্কল লৈরবনি চৎকে। "আশা তৌ", আশা তৌ" হায়ম্বদো, আশা তৌখিগে। ওঃ খঙনা খঙনা অরাবা 'নরক' হায়বদদা চোংথ চেংখা শান্নবসি মসিদগী হেন্না ঙকপা কদায়দনো? ওকপী অমনা মচা ময়ামগা লৈফ্‌নোত্তুনা শান্নবা সংসারসিদগী নুংঙাইবা অমা মহাক্কি লৈতে।

জেনী দেবী, কনা ওইবিদগে থংলমদে, মরক মরক্কা রাখল থম্লুনা ইতোমতা হংখি—জেনী দেবী ইতৈমাখোইগী কনা ওইরিগদগে? ঐজ্জুরবে খ্রি খংখিদে। শ্রদ্ধ কর্ম্মগী রাখল মমি

তাখিদে, তমখিরবা পুক্লিং অসিগনা, অকিবা অরাবা ঙাক্তগা মায় ওনশিন্নহনা রারী শারি; হয়েং পাউখুম ইবা ঙমগদ্রা, অমুকস্থ হয়েং.......হৌজিক্তি অস্তুক্তি মতিক মতম নাম্থোক-খিরমলে, ঙমদবগী মখা অহুম পোনখ্রে। ঐগী শক্তি করি লৈ ?

Assam Election না রাখল অমুক খিন্থহল্লি, য়াম্না লাং-ঙমখিনি, লোইরগা ইরগে। কমলিনীনা "নেনে লৈখিদ্রে শ্রাদ্ধ লাক্তবা করিগীনো ?"—হায়রকলমদ্রবদি ঐজ্ঞাবোক্তি খংলম-খিরোই। কালেন হৌরকপা নুমিদাং অমা মাঙোলদা কাং হুমনা হুমনা হিদাকপু প্রোক প্রোক চিংলিনৈদা অঙাংমচাগুম ঐনা হংখি,—"ঐজ্ঞাবোক্তি নাম খঙদে তাকপিয়;" 'ঐগী মীং-বুরনে—চন্দ্রজিনী" জেনী-খঙলেদনা, হৌজিক্তি ঐজ্ঞাবোক নহাক চৎপা হৌগ্ররবাই ; মতমদি থেংবা খক লৈরমদ্রে—অবোইবা পুংকমসিদদি। ওম্থোকইদা, খংনখিবা .খাঙ্গ া ে...দাল অহাংবদা মাংগ্রক্তিকো ! ইখোইন চৎলিবস্থ অ.লি ক.া.া কদায়দা উঙ্গবা কৌবা খংগনি ? ইতৈমানা অঙ অ.নিনা ম্ম্মহৃদা কমদোরমগনি ?

কমলিনীনাস্থ কয়াদা চন্না 'য়াম্বুং' হায়দ্রন। চিঠী ইনকপা —মাংগী December থাগ্নাইনি। ঐগী [ ি ফিলোম বিরুবদা ইমাখোইগী কাদা ফিরোম ত ৈনা .নশিন্দ্র, envelope তু তাহনা লৈবমই তুমিন, মথক্তা ঐগী নি' ইবমই, থরস্থ ত—দোকলমই; কনা অমতস্থ ঐঙোন্দ তাকপিরমদ্রে, ঐগী ফুরিৎতু খিরমদ্রবদি থেংনরমলরোইদবনি। ইমানা তুরোই ঙামলে, ই নাহে নাহে লৈবসিদস্থ হরাও হরাও পাও অমতা ভম্বা ঙমদে,।

কমলিনীগী চিঠী হন্দক্লিসিগা অনিমক পাউখুম অমাকাওবা পিবীবা ঙমদে—'নহাক্কি য়াম্মুং' হায়না। চৎনখিকো তিন্নরুবা থরাই চেক্লা মথৈদি তাক্লবা ক'ওবা নংমদনা। কদায়দনো মখোইগী লমী? কদায়দনো ঐগী লমী? ঐহাক খঙদে, খঙদে। মাইপৈ পুম্নমক্কি ঙম্বৈ নাইদ্রব অহিংগী অমম্বগুম মমই। নাইতোম তাবগুম চিকই ওহ!

পুন্সি কৌবী মহাক্তবু মাইয়োক্লবা ঙমদত্তনা পাংদবা অমা ওইনা কোইচেল চেন্দ্রনা থাঙলি থুঙ্গং অমদগী থুঙ্গং অমা, ভাইহাক্তস্থ লৈত্তানা লৈরুদে। ইশানা ইশাবুস্থ য়েক্লবা ওইহল্লি, নুমিৎ খুদিংগী, ইশানা ইশাবু ঙাকচবা ঙমদে, মরুপ ওইবা ঙমদে; অসিদগী হেন্না লাইবকথিহনবা অতৈ করিনো?

ইম্ফাল বাজার চিৎন-চাইনবা ঙমদবা মরক্তা চংশিন্দুনা ভাই-হাক শংবদা মতম হৌখিনবনি থল্লুই; হন্দোক হঙ্গিন চৎনরিবা মশামদে। মমি শাদই খো' ঙ'ক্তনি থাংখিবা খোঙথাং ময়ামদি। গলিগী চিদাইদা অমুক অমুক লেপতুনা tape record, ইশৈ stereo মনাক্তা রাখল অমাফাওবা লৈতে, মীৎ অনিসিদনি রাখল ফাযববু পল্লেপথম থংদ্রবা, চৈঙাক য়াওদ্রবা। মবুক তপ্পা Police Havildar, Constable ফমিন্নবা য়াওখি তুকান মচিদা কমলা কিহোম মচেৎ মচেৎ চামিন্নখি নিংথমথা নুংথিল সুংশাদা মায ওনশিন্দুনা। Casset পী ইশৈগা লোয়ননা ঐগী খোঙথাংদু চৎখিবদি ঐনা য়োরুবা উরুরবা মকমতুনি, ইনাক্ত লকপা মকমসি নৎখিদে। কমলিনী, ইমা, ইতৈমাখোইগী হ্র......ঐনা পুখোক্তন্না পিনিংলম্বা পোৎশিংদো য়ামম্রে—জাইরিক, সাড়ী, ফনেক ফিয়োল....ঐগী পুন্সি....কান্নদ্রবা পুন্সিগী

মুংশিবা পুন্সি, মীমান্নদ্রবা পুন্সিগী অথৌবা পুন্সি, লৈখা তারবা পুন্সিগী....পাখং ওইরিবা পুন্সি....শঙদে। অসুক য়াম্বা মীয়ামসে ঐর্না কনাসু তিম্নদ্রে।

নিঙমদবনা অমুম অমুক লূতোন লাকহল্লকপদা সংসার পুম্নমকসি পামলক্তে সংসারগী নপুদবু পামলকই; শেংলকলিবা রাখলসি পুং অমা ফানা লৈহনদে, মথংগী পুংজাদা সংসারিক ইন্দ্রিগী বিষয়দা কাখৎপা ওমখিদনা মচোংশিনখি, হায়রিবা মহাকপু পুং অমা ফানা নোংমতা ধ্যান ওমখিদ্রি; কর্ম্ম অমতসু লেপ্পা চৎপগী সাধনা লৈত্রি, লৈত্তবদি নত্তে য়েংখাইবদা ওমখি-দবনি। "নহাক নিংঙমাংহৌবোইকো....হৌজিকমক লংজাংহৌ-দ্রবদি........" ঐঙোন্দা খোঙ্গেলসি ইস্তত্তনা পিংবদা ঐহ্ক্না থৌশাদবা নত্তনা অতৈ তৌরুদ্রে।

মপোক অসিমদা লাকপগী কন্সি হৌরহৌদ্বনা, মী মহাক্না মাংজরগা ভোকই। মী অমগী পুন্সি খাঙ্থক্লি লৈগুম প্রমান তৌনবা, চহিদা ২৮ অহানবা mature ওইরবনি, অহানবা মপুং ফাঙৈদা পুরিং লোংদনা থরাই চেক্লা কংহৌদে। যৌবনগী হরাও মথোইদা য়াকারিডৈ, শিবোই হায়ত্নবা লৈহৌরে। চহি ৩৮ অনিগুবা chance পুন্সি লৈরম্বদা অহুম নাম্ভোকপ্রে, অরোইবা তাঙ্গা চহি ৪৮ আশা তৌখিনি; অতুবু কদায় খোংকাপ অমনি হায়রা ভক্তসিংগী য়াখংদি থম্বোইমুংদা লাপত্রে। নোং-মতুবু য়াহো ওন্দুনা মঙ্গলার্ত্তি খোঙ্গেল তাখিদে, অমুক্কী অইংবদগী রাখলনা হেন্না ইংখে, অনাবদগী রাখলনা হেন্না নাম্ব্রে। নিংথমগী

অঙনবা অয়ুকনা হুকচাং উগ্না কুপবু হেন্না চান্নবী ওইনা য়োকখে্‌-হুকচাংনা ইন্নগা বৃন্দাবন- তির্থ চৎপগী রাম্মল কদাই ? হে: য়োম অন্নাবা মনাবা খাঙবা ঙমজদ্রবা জীব মহাক্তি ওস্তোক্না লামখে্‌দা, ওস্তোম্না চোকশিনখিদে্‌দা ! নিংথমথাদা অইংবা থৌখিবা ঙাইরি, কালেন্থাদা অনাবা হৌখিবা ঙাইরি, 'কৈদৌঙৈ জীবনা নিংথম কাপ্পি চপ মান্ননা লৌবা ঙমগবা ? শত্রু মিত্র চপ মান্ননা লৌবা ঙমগবা ? ঐগা মীগা চপ মান্ননা খঙগবা ? অনি তারিবসি অমতা ওইগবা ?

তাইবং মীওইবা হায়বসে শিগদবা নাগদবা ঙাক্তনি, অদুবু কবিস্তু নত্তবা মরমগীস্তু ঐনা ওস্তোক্না কিরুই শিগনি কাও-থোক্ত্রনা।—নোঙানবগা মীগী থোঙজিন্দা লেপ্পত্রবনা ঐগী ইথৌ ওইরি, মনিপুরগী. ভারতভূমীগী মাইবা অহৈবা কদায়দা লৈ-রিবগে, অসিনা ঐগী ইথৌ অমা ওইরি। কমলিনীগী চিঠী অমতস্তু থাবা ঙমদরি, মুংশিদা ইমাদো সুদর্শনপুরশী কৈথেলদু কারমখিনি, নুমিদাং মৈবা চমদুনা 'কমলিনী' কৌরমগনি........ ঐজ্ঞাবোক্তি অমুকহন্না উররোই, অমুকহন্না খোঙ্গেল তাররোই লাইরমলেন্দা তিনখ্রবনি ! "ব্রজমনি", খোল কন্না কন্না কৌবত্ত অমুক কৌররোই, ওস্তোকপনি !

মীওইবগী মপোকসে কয়ামদা কথখিজবনো, কয়াদা য়েংথিনরিবা। ইশাবু কপ্পনবা হোৎনবতদা পুসি পন্দোম্ কোমলি। থোমদগী থৌবদি অচুবা লমী চংলিবা, থদোক্তই মমদবা মহাক অদুত্তদি। অদুবু অচুবা লমীদু করম্না চঙকদগে ? ওমাং অমা

ইতৈমাগী য়ুমদা থুংলুই, হয়াওবা অমত্তবু য়াওখিদে। ইতৈমানা পোল্লি পোল্লি ওমাংদগী কৌই ইবুংত্তো নহাক হৌজিক য়ৌরকলবোইরে, সান্তোনা. অরুনা থমায় ইমক মকশিন্না ইনাক্তা য়া লান অমতা ওাংদনা লেপ্‌খি, য়া অমতা ওাংনখিদে, ওস্থোকপনি পুন্সি লৈরাং........লৈরাং। করিনো পুন্সি? অস্নুক থস্মোই রাহনরা?

ইমানা কন্না নারি। মাইকৈ খুমিংমক্তা খুদোংথিবা ওাক্তা চংশিন্নকই—হকচাংদা মুংওাইহবা, অকিবা, শেলগী মাইকৈদগী ইথুক্তা শেল্ পুমলোই লোইশিনখিবা; Office তা থবকনা স্বর হোনবা য়ারক্তবা, ওাওচৎনবনা অস্নুম হেক্সিন্নক জ্ঞান অমতা তাশিন্নক্তে। ইমানা কাং খোঞ্জেলগুম্না পিশক্ পিক্‌শন্‌খিহুনা ঐবু নুংদাংদা কৌশিন্নগা হায়, "নহাক অকবা ওইহৌ, ঐগীদমক মন্ত্র যন্ত্র তৌরগনু,.. গোপাল সহস্রনাম্ খবা তাহল্লু...."। কন্না ওমন্ত্রে, স্বর হোনবা ওমন্ত্রে, "হরে কৃষ্ণ...হরে হরে .."— ওস্থোক্তা রানা শোনগদবগী তোংনরি। অরোইবা মতাংদা.... ঐহাক্তা তৌকম খওদনা ইপং পংশিনা কিনা লৈরমই। চাকশংদা চাক থোংলিবা ইনাওদা তমলুই অহুবু মহাক্কি পাক্তলগী সেবা অহুতনা ইমাগীদমক পিনিংই, আম্মা তকুগী সেবাদি উকংল মরিক অমতংগী মান ইচিল ইনাওশিংদা পক্তে, খওন খওনা পাতি লৈত্তনা অমুকস্থু চংশিন্নুনা হায়রক্রিবনি, হায়রক্রিবা অহু অরেঘনি।

ঐহাক্তা অস্নুক য়ায়া লাইত্তিন্ন থিরুবসি কয়াম কাপ্পরিবগে, মাংজবগা তোংজবনা কনানা হেল্লিবগে। উপায় লৈত্তনা

মতোকই। মৈতৈলোল খবর কাগজ অমদা ইরম্বা থেংনৈ—"মাথ্‌বাগী শ্রীশ্রীব্রজরঙ্গদাস, ঠাকুরবারী ইম্ফালদা, পুন্সিগী অরা-অন। মরম কোক্লিংবশিংনা বাবাজিগী আশির্বাদ ফংখিবা য়াগনি. আগরবর্ত্তি, হৈ নৈ পুবিরকদবনি....।" কোকপিবব্‌ শুমগনি শরবদি ঐহাকসু অমুক্তগদি চেনশিনজরুখিগে সাধুমাগী পুয়াথাহুদা তামিলনাড়ুগী Prof Thevar গী talisman ছাপ্পা কান। কাম্নখিদ্রবনি....মমাংঙৈদা হিন্দিসু মতেক অমতং মনুং হুজিনা ঙাংবসু ঙম্বা নত্তে; মী নেক্তনা কয়ম্না মীগা য়ারী শাগনি? য়ুমদগী ঐগী কুন্দো অঙোবা কুন্দো অয়াংবা শাৎলম্বা তরামুক নিংথমথাগী অথেংবা অয়ুকি নুংশা থোক্ত্রবা মতমহুদা, ক্রিৎথাওদা চে মচেৎ অমদা য়োমহুনা হাপচিল্লি, আগরবর্ত্তি অমা লৈরগা চংশিল্লি। বাবাগী লাইপী মুক্তিশিংহুদা কৎশিল্লি, ফমুংগা ইশম শমনৈ। বাবা লৈরমদে চংথোকখি হায়রহুনা অমগী য়ুমদা। চেলাশিংহুদা তমই হিন্দিদা—ইমা নারে, ঐহাক মথোং চাজে, য়ুম মতম কুইনদগী শাক্তি লৈজ্রে, কোকপা লৈজ্রে....ইঙ্গিংতনা অয়াম্বা য়ারী শাবগুম তৌরে। বাবা লাকপগা তমই। বাবাহু মী থয়া পিকই, মালা ১ মথুক্তা উরু-উরু লৈহুনা পায়। বাবানা পুয়দকপু ফগনি খরচ তৌ হায়। কয়ানো? ঐগী Bag তা লুপা ৪০_ থক্তনি, পুথোক্তনা অয়াওবহু উৎলি, বাবানা মঙক হায়রদুনা (মালাহু মরু অমমমসু চৎতে, পুল্লপ পুল্লপ খুৎশাহু মিৎক্রংগুম্না থনা চৎলি) লুপা লিক অহু থক্তনদি য়াথোই হায়খিরে।" ওহ: লাধনা অলিগী হিয়মফদি পৈশা পাম্বা হোনবীগ্‌? ঐনা তরুক

তরক্‌ বিচার তৌবদা মরুপ্‌শী অমনা লুপা ১৫০ শেন্দোই ১০ দা পুৰা য়াগনি হায়রকপটু নিংশিংহুনা "গ্ৰেক সৌ" পিজগে দন্না তৌবিয়ু থরায় য়ানা হায়জরুই ? ইরুং অথুক লুপা ১০০ থরচ তৌবা তাবে লৈত লৈতনা।

মনিপুরগী য়াদি তোকউ, ভারতসিগী মনুংদা খাইদগী যন্ত্র মশিং য়াম্না শিখিবনি ঐহাক্লি। যন্ত্র মখল খুদিংমক্কি চাংয়ং ইশাদা....। অরি অরিবা যং ন লোইশিনবা ঙমদহুনা ককলা.দা থরা, উপু মনুংদা থরা, ঈশিংদা লৈনুংদা....। বাবানা নুংখিল পুং ২ দা লাকউ চৎলুবদা ঐগী যন্ত্র অমা ওইনা পিবীরে; যন্ত্রগী য়াদি ঐদি ইখল খল্লুদে; ইমাগীসু অইবা (ফি অঙাংবা মচেংতা হাল্ল হাযরকপা,) কুপা কংজনিংবদগী য়ুমদা পুরক্লনা থনা থাবন তৌশিল্লে, ইমাগীসু। ইমাসু হান্না থরা হন্দোকলবনি, যন্ত্র শিজ্রিজৈদগী। ওফিসতগী বারহদা ছুটি লৌরকই হকচাং মুংঙাইতে। .লমদম তোঙান তোঙান্না কমলিনী অমসু, ইইমাদা চিঠি অমমম ইখিবা পুরিং খবদি নুংঙাইখি।

ইমা খজিত্তং কয়িল্লা, হৌজিক কাওবদা ফত্তবগুমলি। কন্নবা অমুকা ঈথক, পাকলবা ইরৈ কনবা ইপাক্তা ইমাগ। ঐগা পিক্লবা হি অমদা তোংহুনা লুপকে লুপকে হোল্লি। মিক্কবা অমুকা ইথক্তনা মিৎয়েং য়াংলা লান্না লৈল্লিবা করম্না ল্যানবা ঙক্লগদগেদে......হৌজিককাওবা ইমাগা ঐগনা কংলি উপায় লৈত্তা, হিথাংকম লৈত্তা; করম্লো ? করম্লো ? হিমাও শারিথ হল্লিগী পাঙৈতং ঙাইথাম্না মতমদি লৈতে, ঙসিমক

খিনমন্নে। হায়রুস্নু কনমল্লি বিথিগী দক্তিল্লি, হায়রুস্নু। য়া ভাংজবস্নু ভমদে, হুন্দৎনা য়েংজবস্নু ভমদে। ঐখোইগী মাংদা থৎলম্বা মীহিংজা লাইহিংজা—পুন্সিবু শিংনরকপদা চেনকদবনা অমুক কমুক শিংনৈ। লেংবস্নু য়াদে খুৎ হুনবস্নু ভমদে, অসিদি কদায়দগী য়াগদি? কদায়গী য়াগনি? অকিবগী মশক ওইরবা ‘সংসারারিক জীবন’, চোৎকশিল্ল মসিগী অমম্বা সংসারনে!

নহাকগী সাধু বাবাদদি করম্না অমুক হায়রুগনি—ঐখোইগী কৎত্রি করম তৌবিগেগে? বাবানা হায়খি, “শ্রদ্ধা লৈয়ু. শ্রদ্ধানা থবক থুদিং কহল্লগনি,....নহাক চিন্তা তৌগনু....” অহুবু পিকলবা ভন্দমগুম্বা থরাইসিনা ভনিক ভনিক সংসারসিবু ফিনা খাংলি রাকচিংগী ভরক ভরকপা নোংগুম। করিগী মীওইবগী মপোকসিবু অমুক কিরিবা? করিগী মীগী থম্মোইবু অমুক চংনকম ওইজ্রিবা?

ঐগী বৃন্দাবন চৎনবগী শেমফুদা পৈশা ৫ চৎপি, ১০ চৎপি-লেপলুরবা মতুংদা অমুক থাদবা তৌই। আহ! লম্বীনিনে অসি হেঃ থরাই খঙ্ঙবা। বৃন্দাবনগী মনুংদবু করি লৈবগে? তির্থ চৎপা লোক শিক্কাগিদমকলা? মিরাম্নবা ভমজবা পুন্সি করি থিরী—মনিপুরগী লাঈ কোটি, ভারতগী লাই কোটি, করম্না ঐহাক্না কাম্নবা লৈ হায়সিগে। বিবেকানন্দগী বানী—পুম্না করাগী mythological gods, দেবতা মিলিয়ন কম্নাসিদা করিগী থাজহুনা লেজ্রিবনো.... Have faith in yourselves Have faith in yourselves........” ঈশাগী পুক্নিংদা থাজবা

অমতম্ লেপ্প। ওযদনা কদায়দনো ঐনা লেপ্লিবা.... । হে মীরাবাই, মীরা, নহাক্কী ইশৈদু ঐডোঙ্গম্ তাহনবীরু, সংসার ঈপাকসে লানঙমদে, ইরাক্লয়ে, লুপলেনে হে মীরা........ ।

ইম্ফাল, ১৯৮৬ ইং

—:(০):—

# চেকলোন নাইনা চনশিনখ্রবা

(১)

চেকলোন নাইনা চনশিনখ্রবা
দৃশ্যশিংহু খঙ্লোইসিন্না অমুক ভমলি :
অয়াঙ্গা চিংখোংদা চেল্লি
শকখঙনখ্রিবী বয়াক চিংনুংদা,
তাম্না য়েংবদগী হেন্না ননাক্তা চংঙমখ্রি,
ঐগী মিৎয়েংদি—নহাকনে, জোহোময়বা য়ুমনে
অঙ্গিসিদগী হেন্না ওনখিখ্রি।
মশা রাশী লৈচিন খোঙলোয়না
ছুম্না ছুম্না চৎলে তাকলমলি,
অপাবা ভুখোঙসিদা খারবা-পি
তৈরমলি তৈরমলি
অইংবা ইম্নকিনা কুপশিন্নুনা
খোংজেল য়াংনা পাইখ্রি—
চিঙ্গোল অমদগী চিঙৌল অমদা,
ঐগী চিকলবা দলালসিগী কা কাওনা
খোংনাওদা পাইখোকখি, কুংশিবী লৈচিন,
অকা-অপুন লৈএবী
নংনা চেপলপ পাইখিবদা—
মংবু য়েংলগা ঐদি রা তাংবা হৈতে,
নংবু য়েংলগা ঐগী পুক্নিং বৌংদোকপা ঙমজদে

নংবু মুন্না য়েংলগা ঐদি বিদায় পিখিদে,
মরু লুকলবা লম্‌মী মরোল—
ঐগুম্না তুমিন্না লৈজরবী হৈকোল
ঐগুম্না তুমিন্নরভা লেপহৌই,
নংবু মুন্না য়েংবনা, মখোয়সু বিদায় পিরমলোই,

(২)

অনকপা মীর্জদা পুম্না ঈশৈ শকলি
ঐগী খঙ্গোইবুদি কৈদৌঙৈদসু লৈতা:হন্দেনে
রা ভাংদনা য়েংলগা নংনা ঐবু কদি খনবগে ?
খঙ্গোইসিদা চেথনা চংশিনখ্রবা দৃশ্যসি
হন্না হন্না তমলি :
মংশিবী শকলোন, ঐহাক নংবু হন্না হন্না
য়েক্তবা ভমত্রে রাখলসিনা ক্ষংনহনসু—
ঐহাক্কী পুক্নিং উন-রাইমুক চিকহন্দুনা
নংভোন্দা মীকুপ অমত্তং
রারী শাজখ ভমহন্দে,
রা ভাংদনা য়েংলগা নভোন্দা
পল্লিংগী রা অথাকপা লৈতনা তমসন্নু,
হন্না হন্না ভাংখ্রসু করিভক্দা
ঐহাক অশেংনা রা অমতা ভাংখিত্রিং,
অনকপা চিংদোজায়—.
থিত খুঙ্গী ঈশৈশি শকলি—

বাইবলগী মন্ত্র খিন্নি,
মাইকৈ পুন্নমক উমপুবা লৈচিন্না
কুপশিনঙ্গে পঙ্লোন নাইনা নাইনা,
খজিনঙ্গে থান্না লৈব্রুবী মুঙ্গ কহাক্তনু;
ঐগী মিৎ অনিদি নংগী লমদম য়েংবদা
মমি শাঝনবা মুখিক তানমদাইদি,
মাইকৈ খুদিংমক—লৈচিন্না শরা শক্লগা
ঐখোইগী থম্মোইদা তক্তনা হংহন্নি
ঐগী হৌরককম রাবা; ঐহাক্না কন্নি খুমখিনি ?

( ৩ )

তুমিন্না য়েংহুনা, ঐনা কবি
কোংদোকলসিগে রা ভাংদনা ?
ঐগী মতমচুন্না মৌনব্রতদা
নহাক ঐবু ষারৌব্রা হে পুকচেল তলনবী লৈচিল
ঐহাক্না তুমিন্না লৈবা খুদিং
ঐগী থম্মোইবুন্নু হিসাব লৌবিয়ু নংনা;
মিংনা য়েংবা পম্মুং খুদিংমক্তা
ঐগী পিরাং লোইনরি,
নুংশিবগীদমক্তি চিন্না ভাংলন্নুশি।
থরাইনা খোঙশান্নি
নুমিদাংরাইগী লৈচিল খোঙলোয়লক্তা,
উমুং পাম্বী মচা মচানা

থেকখোইবা লম্বী কোয়শিল্লি,
মখোয়গী হৌখিবা য়ায়ীসি লিসন্নু--
য়ানা লেনখিবা অঙ্গিগী, বন্নিযাগী -
উমংগী য়েল্লিং হুল্লকপা আশা খোমজিন্দুনা;
মমশিল্লকপা লৈচিল নোংলক্তা
তপ্পা তপ্পা নিংখায়মক্কদৌরে অতিয়া,
কয়ম্না কাওনগনি পাওখোল নংঐগী মবক্তা -
অথাপ্পা চীংনুংগী লম্বীদা ?
উরৈনা চীংমায় থম্মা থম্মা শাংকায়রক্লি,
ওহ : লৈরাংখিনবা পাওখোল
কনানা পুবীগনি মুংশিবী ননাক্তা ?

ভদেংলোং,
The 14th March, 196 ......

—:O:—

# কালেনথাগী নুংমিদাংব্রাইদা

কালেনথাগী নুংমিদাংব্রাইদা
নুংশিবা লৈনমদি লাকশিনি থাজে,
অইংবা নুংশিংশু লিরি শিংলকখিনি থল্লুই
নুংশিবী মানদি শকথংলরোই ঐবুদি

নিংথম ঋতুগী তর চিংশিন্না ইংবদা
পাক্লা কুপখ্রবা লৈচিল ময়ক্তা
নুংশিবী মাবু শকউদনা থজ্জরুগনি
থরাইনা হেক্ কংখিদ্রিফাও —
মীগী মচা মাদি ঐনা করি হায়রুনি

The 30 th June, 1983.

# ঝাল মাংগং পায়রা লাইশিংনা

## ( I )

ঝাল মাংগং পায়রা লাইশিংনা।
সন্ধ্যাগী তাল্লক্তা
তায়বঙমীগী নিকুপ চিংশিন্দুনা
চংশিল্লকই লাইশংদা।
গৌরিগী উশৈ শঙ্খ।
থাই, থাই, থাই....থ্রাই....
সেকেন্দ ঝাৰ্দ ঝার মমাংদগী
লৈরক্কা ঐখোয়গী লাইশংদা...

## ( II )

অমম্বদা হৈনেরবা লাইশিংনা।
মখোইগী মরক্তা
খঙদনা চংলুবা জীবশিং
পাখং লৈশাবীশিং
ডাওহল্লি নাহল্লি, শিহল্লি
লম্বোইহল্লি ময়ুম থাদোক্‌না
তায়বং মীয়ক অমুক তিন্দনবা....
কনানা চংলুগনি
নিভৃত নিকুঞ্জবন হুৎশি হায়না ?

শোয়দনা তায়মগনি
অথেংবা অহিংদা মকুলা মপান্না
তাইবং জীব তুম্ন-হিগ্গুব্রনদা
তায়মদায় থাজগী মঙাহ্নদা
পুং থাল যন্ত্র ঈশে মাসলী....
রুশু রুশু ৰুমু ৰুমু ...

( III )

খোংগ্রাঙ মকক্ শেৎলিঙদা ঐনা
নংখিলচুম্না শান্নরুমগা হুজ্জিরুকপদা
সন্ধ্যার্চি লোইরুগা ইম্মনা
ইমুংদা লৈমে তুম্নিন্না,
লালটেন থাওমৈগী মাংদা
মাজোল মচিদা ইথত্তা
কন্নাংদা অমুক ঙা,
উগ্রোন্না অমুক শিং
পারা পারমই হুন্না হুন্না....
জীবু কাউদবু
ঈশ্বরবু কাওদনবু....
চুড়া চেম্না খোঙবা
শংবান্নবা রুক
খোরুনদে বান্নী পামুচা
অমবা মন্দিরমুনগী
কৈজোম্ন পুন্না খোন্নুম্ন,
মালতি মখোং

ওম্যাং মরাইগী বৃন্দাবন্দা,
মাঙ্গোলদা চংশিল্লকই হুরান্দুনা
উপ্রাল্লা হিম্পিবা নঙ্গন্দা
উরী হাইবী শাম্নরে
দোল হাঙ্গবী ইথক্তা ওহ:
হে কৃষ্ণ, খঙজখিদে নহাক্কী
'গোপী অমা, কৃষ্ণ অমা'—রাসলীলা
পুল্লিসে নহাক্কী রাসলীলানি ঃ

(IV)

খঙজখিদে চয়ন অনিদি
গোপীশিংগী থবাক্তা থমজরগা
অশংবা থম্বালনি,
কোকথক্তা হাপ্পগা
অঙাংবা থম্বালনি
থম্মোইঙুংদা থম্নগা
খায়ম লৈশোক মপান্নি....

(V)

চয়ন অনিহু নৎত্রা শাথিবা জগোঙ্গী
মকোক ভয়া পানবা
কালিন্দী মথক্তা যমুনা ঈরাইদা....
রাখিগদবা ঐনা হে কৃষ্ণ,
তখেলৈগুম চযৎনরবা দেহসিনা
চকুগুম কায়রবদা....

The 30th Nov. 1992

—:(O):—

## বরাত্তা হি হোল্লুবা

মকমহু য়োৎবগা অশিবনা ঙাইরমলগনি
শোয়দনা কায়নগনি,
কায়নবনা ঐখোয়বু ঙাইরমলগনি।
ইমাঙ্গসি চোল্লকপা ইচেলদা
ইরেলসি হোনকাখ্রিগৈনা কায়নরগনি।
অশিবগী মখয়াত্তা হিসি হোঙ্গিল্লবছু
নহাক্না লৈকোল অসিদা লেংদনা লৈহৌগনি
ঙলাপ ওইনা শাৎহৌরগনি ( ঐখোয়গী তুংদা )
মকমহু য়োৎবগা কায়নগনি খংনা
করিগীনো হিংবদগী শিবনা পাম্মলিবা ?
খোঙ্গালসি য়োম'মক্তদা ঙাইঙমখ্রিবা ?
উনত্রবা মতমহুদা খঙল্লকসনু নুপুক
হৌখিবগী য়ারিনবসু কুইরগা কাওঙমদবা;
অশংবা ঈশিংচাইবীগী দলাল উবদা
ঙাইচমলোই থরাই চেন-চোংহুনা
লমশাং হোনবগী চোকথরবা পাম্বোম
ঐত্তমা চেৎনা কোল্লবসু কায়নগনি।

The Christmas Eve, 1977

—:(O):—

# ওইজগে খ্বাইদগী লাইরকফবা

মুংশিবী নংঙোন্দগী নিজগে
হায়রীবু নহাক্না
মুমিৎ খুদিং উজগে নং
কংহনবীবু তাজবা নংগী মখোঙ্জেল
কুউ : কুউ : কুউ :

ওয়ঙ্গবা করিগুম্বা লাইবক্তা
উজগে নোংমতং চয়োল অমদা
অদুমক ওয়ঙ্গবা লাইবক্তা
উজগে নোংমতং খাবুম অমদা

শাংলবা খাজমজদনবু অখিরমঙ্গবা
কইনর্বীবু নোংমা চহি অমগী
কুনজা লামদু উঙবখিঙ্গবা নহাক

তিনমিশবু কামঙ্গবা থমাইসি অহাংবা মালংদা....
করিগুম্বা তাজাদা ইমাইবক্তা তম্ঙ্গবা
ওইজগে খ্বাইদগী লাইবককবা....

তাং ১৫ । ১০ । ৮৫ ইং ।

—:(০):—

# ইরৈকাইগী মিস্ত্রিশিং

ইরৈকাইগী য়ুম শারিবা মিস্ত্রিশিং
কনাগী য়ুমনো শারিবা অহিংদা ?
নখোইগী পাইজ থেঙ্গু
উরা হুমদাং য়ৈবগী খোজেলনা
পুখোকথি ঐগী থরাইবু য়াম্না লাপনা কম্মুদগী
থাঙ্গোল শারকপা থাগী মঙালসিদা
তাং-তাং-তাং-লেপ্না লৈতনা।
তিল্লুরি থরাইসিনা মিকুপ অমতং
মাংলুরবা খোজেলহৎদা।
তাখিগত্রা অমুকহন্না
উনা পুংবা মরুমদগী নিংঙমদনা কৌরম্বা
খোইনিং খোঙ্গেল ?
শজিবুগী অকনবা লৈতলাইথক্তা
চোংলমলগত্রা অনৌবা য়েন্নি।
ঐখোয়গী মুংশুবা খোঙ্গুলক্তগী ?

—:(O):—

# শিরবা লেমলৈবু নারত্রা হংলুই

শিরবা লেমলৈবু নারত্রা হংলুই
মাংলবা মপোকপু মাংলগত্রা কিজরুই
অশিবা দেহবু শিরগনি কিরুরি
কায়নরবা মহাকপু থাঙ্গনরগনি রারুই
করিগীনো করিগীনো হংলি থম্মোইনা

কংলরোইদবা মহাকপু মাংখ্রাগনি থল্লুরি
মৈরীনা চাকথ্রগা কৈশা লাংগনি চোংলুরি
করিগীনো করিগীনো হংলুরি থম্মোইনা

Imphal,
The .5th May 1983

# চেন্নসনু নোংথাংগী তাবদা

থবল্মী মৈশাসি দর্শনদা হাপ্পগে
রাথলনুংদা অকনবা চৈথেং পিসনু
পান্থোমগী শক্তিদা হাপ্পা মৈরিক্তি
মাংখি তুংকোয়ন্নিঙৈ অনুতাপকা লোইননা
সৈত্যগী মৈশিংদি কাপসনু মৈরিক
থদোইনংদা ইনোং হাপ্পুনা
লেংদনা, তুমিন্না মরী লৈনদনা
চেন্নবা শিংলিগী ঈনা
চেন্নসনু নোংথাংগী তাবদা !

The 22nd July, 1977

—:(O):—

# চাক্লবা কালেনগী মৈশা

কালেনগী নুংশাগী মৈশাদা পিক্লবা ইম্ফাল সহর শাবনা নুং-পান ওল্লে; খ্বাই বজার ময়োন্দদি ওম্থোক্লা শাব। হেল্লমলগনি—চেক্কী জিভবগী মীয়ামগী ঈনিলনা ফুগ্লিল্লকপদা, অইংবা নাপী কোকখরে থাইনগী ন্নারী কাওবদ। কাওনরম্লগনি হৌজিক্তি! নুমিৎ য়ুংখ্রবা মতুংদা শোদোক্লবা কোইলাস মথক্তা কোইচেল চেম্না সাইকল থৌনা, মাই-মিং পুমম্তাং ভাংনা চৎনরি, মথৌ অমতা থাদোক্লদরি নুংশাগী মৈশা য়াকখ্রবস্মু সনা-লৈবাক্লি ময়োল। সাইকল কারখানাদা ফুরিং লৌথোক্কনা নুপামচাশিং সাইকল শেম্লি; ঈশিং শৌরাংবনা থককমম্মু লৈতে হোটেল নত্রবদি; কংলা পার্কতা খংকুম কুমথহুনা য়েংলুবদি ঈশিং লোইনা নৈরমলে কক্ই কোঙ্গোল কারমলে, তুংলোমদা খোঙকম হন্দোকই। করিগীনো ঐগী থবক অমতা মায় পাক্ত্রিবা? কংলা পার্কগী ঈশিংনা ভাইহাক্তা পোথাবা লৈত্রবস্মু ককয়ি কোঙ্গোল কাহুনা লৈরিবা?

কারখানাদগী সাইকলহু লৌথোক্কনা থৌই তপ্পা; আ-ফিসতা ঈশিং কপ হৈহুনা থকই। ঈশিং খৌরাংবা চাক্লবা মৈচাক অমনি; চাক লাম্বা ঈশিং খৌরাংবা কনানা ন্নাবা হেনবগে? ন্নুমদা নংদাং কোবি মতোনগা আলুগা ওমুলৈরোগা খোংলমই, মহি থরা লাংবা ভেজোৎহু উবদা পুক্লিং থরা হরাওবগুম তৌই; হক্চাং নংঙাইতনা চাক কম্না হুক্লিংদনা চখোম অমুক অনিয়ক

হুরুগা ঈশিং গিলাসতু থরাই পেম্মা থকচিন্নি। শাবনা অইংবা ক্লাওনিংহুনা পুখ্রি দম্মু লুপ্লরবনি চাক চান্দ্রিঙৈদম্মু। শাবা লোই-ত্রিবা মথক কুপত্রিবা য়ুমথক্তা রাগী শগায় শেমহুনা কক থাহুনা অহিং হিপকে লাক্তুরমই থাবসগী মঙালদা। কাংনা তমথিনা খংচিক খংচিক চিক্লকপদা উশায় লৈত্রহুনা কি-মোন কোন্দুনা কাদা কমুংদা অমুক চংশিন্নি।

The 27th May, 1983

—:(O):—

# নহালমুক্কী মপোক্তরা ?

সনা সোরক কোইলাস-থক্তদি কয়াদা ওলাংহল্লিবা ? ন্মিদাংয়াই ওইখ্রবদা অচাকপা কোয়েৌনা চৎখ্রবদা কাওবা চাকহল্লবা মৈশাহুদি পাক্লা মুৎথিবা ওমদনা লৈহৌরি। ইবুংঙো-খোইগীনা কয়াদা ইংখ্রবা, উনা-য়ানানা মকম চানা চানা লেপ্ত্রনা খল্লি ন্ংশোগী অশাবদগী। ঐখোইগীনা লেংথৈকম কাওবা লৈত্তনা হিংলি; ইমিৎসিনা ঈংখোল অমতগী অশংবা পাম্বী অমতং উবা ফংখিদ্রে, কদায়দগী ঈংগনি, নেম্লবা জিজ্ববগী মৈশানা যুথরক্তপদা খাওবা ওমদনা ঈমুংদগী চেম্থোক চেম্থোক্ত্রনা খাওলি।

অয়ুক্কা ঈরুজবগা ইবুংঙোখোইগী য়ুম পাংনবা চৎলি সিতি বসতা। মুংশিরবা লৈকিম্থবীগী কৈথেলশংদা বস হেক থাবগা কুমথহুনা হংবদা, ইবুংঙোগী ইনাওনা হয়াও হয়াও পুশিনবীরে। থাজদনা মুংঙায়না নোকমিন্নহুনা পোথারে। লম-তু য়াই তৈ-খোকহন্দুনা কোল-লিক কেংদোক্লমহুনা ঐনা চাক থোক্কংলে। য়েন্দেমগা মোরোক অতেকপা অশাংবগা ইয়োনবা অমা, মুসো-য়িগা ওাকক্লা অমা থোংলে, মুরবা, শংত্রিক শংবা গুহাগী ঈশিংহুদা মরাং কায়না শিজিন্নবদা হায়নিংঙাই লৈত্তনা মুংঙায়। মনিপুরগী মন্ংদা নত্তে, ভারতকী মন্ংদা খ্রাইদগী হাওবা ঈশিং মকম অমা লৈকিম্থবীনি।

অয়াংগী থুন্দোন খোং পরিংনা কয়াদা মুংশিহল্লিব, অঙাং মুপীমচাশিংনা ইয়োইহুনা শাগ্নরিবা। চিঙোলনা য়্রামাগী শিনওম খুদেং শানা কোইনা থাপ্লা থাপ্লা শন্দোকখিব্রা। কাচিন্দা থুল্লক্কা

চৎল-চংলগা হেন্না কজহনবা, হেন্না নুংশিহনবা। শংলবা নাল্লবা মরিবোপ রাপলনা কজরবা, বন শেমহুনা মখোংদা ঈশিংনা ভুমিন্না নোংপোক পাংনা চেনখি্‌বা। মখোয় অনিদি থুনা চৎলি, ঐন্না তুংদা ওক্না নংশিনা লেপ্তুনা য়েংহৌই হেক হেক। অহিংগী থ'বলদনা কয়াগী মতিক কজরমগবা! 'ইস! মকম অসি নহানমুক্তি ম.পাক্করা, মং অমদয়া ঐহাক উত্রে' —পুক্নিংদা ইতোমতা শোল্লি। অরাং নোংপোক্তা মপাও চিংশাংনা চিংলেম্না থল্লী থাম্না, থাঙ্গাল খুল, থাঙ্গাল শুরুং, চিংদোন অমতংদি চিং তোয়না নিংখায়বগী ইকোক কোক্না উরি, চিংলাইনা নিখায়হল্লকপগী ..।

The 11th June, 1983.

—:(O):—

# ওলাংথাগী লৈরাং

ওলাংথাদা লৈ মনম নুংশিবা শাংলি পৃথিবী থুংনা। লাইরৈপাক মনিপুরদনা খিৎ হেনবরা, ইযুরোপ আমেরিকাগী লৈগী লৈখন য়াম্নবসু য়েংবদা নুংঙংইরবসু শ্রীগোবিন্দ চরন্দা কৎচনিংলুদে-ইনাকনকপা নুংশিবা লৈ ময়ামসি হুন্দোক্তুনা। নিংথম-কাম্বিদদি লৈনমশিংহু কদায়দা লোৎহনবগে ? গৃষ্ম ঋতু ডাইহুনা; হমাং শৌবা পামজরম্বা তাই ; কালেনগী লাই হরাওংত্রিবৈ, শজিবু থানা হৌগৎলকপদা হৌখ্রে লৈশিংগী মেল্লাদি—চিংয়া তময়া চৎপা ওমদে হায়নৈ—লৈনন্না ফুং ফুং হুম্নকপা, চৎলু য়েংউ হৌজিকসু মনা কোকথৎপিরব। মনিপুবগী লোইবী চিংশাংশিং। ৱারিনরমই অহলশিংনা— ইম্ফাল তুমু লম্বীদা চৎপা ওম্বা নত্তে মমল য়াম্নবা লৈগী জাৎ মখৈনা নুংশিংনা হুমদৎলকপদা লৈশা তেক-তেক্তুনা লম্বী থিংলম্বা।

লৈ খুদিংমক্তি ৱারীদা য়াওরমল্লি, অর্থ চেন্নবমলি। অহিংগী থাবলদা শাংলি হায়হুনা লৈরাং মাগী মমিং থাবল্লে হায়নৈ; অহিং থেংলক-থেংল্লক্লগা থাজনা তাত্রিডৈ লৈবাংগী লৈনম Chemist শিংনা মনম য়ানশিন্নহুনা শেম্বগুম শাখি। হেলোই লাইরেম্বীশিংনা (পনবগী দোষ কোকপিসনু) শাম্নকম করিগী ওইরোই ? হে পাখং, চংলুগনু নখন্নতা লৈনমনা শুমহৎখিহুনা; অহিংগী য়ানী থাবল্লেদি চুম্নগী লৈ নত্তে। নংশিবী কোম্বিরৈদি অনৌবা কুম পিহুনা শাংলৈ। কুসুমলৈসু কুমশুবদা শাংলৈ, কুমগী লাংদাই মরিদা শাংলৈ হায়হুনা লৈবী। জবাকুসুম

অঙাংবা মচুদি 'দেবীমা' পামজবা' লৈনি' হায়রুনা 'দেবী পুষ্প' হায়নরি। নমিৎলৈ—নমিংত্তা ওনশিন ওনশিন্নুনতা শাৎলি হায়রুনা 'সূর্যমুখি' হায়রৈ। থবাল মাদি লাইশিংগী নয়ন মাল্লি হায়রুনা শ্রীহরিগী কমল নয়ন কৌরি। অমুক য়াম্বা লৈশিংশিবু কররম্বা কদায়দগী হোৎকপনো ? অষ্ট্রেলিয়াগী Oobi Oobi চিংজাওদগী লৈরাং চাৎ-মরু হুত্থৎকখিমাল্লে—ঈয়াহদা তাখিবনা থরো-থবাল থারিকথা, উথক্তা তাখিবনা খোঙম-মেল্লৈ, মুক্তাইরক্তা হৌখিবনা চন্দ্রমুখি...। শিঙেল চিনিচমপ্রাদি চরোং অমগীদমক হাকথি খোরা মমল হৈরে সনা কৈথেলদা.......থঙদবা পাথং অমনদি ঐঙোন্দা হংখি ওক্লা—"মসিবু মনমতগীরা চাবা য়াবা জাৎলা অমুক তাংনা মমল ঙাংনরিবা........"

The 12th June 1983

-:(O): –

# ষ্টেট মেকানাইজ ফার্মদা

ষ্টেট মেকানাইজ ফার্মগী
খ্বাইদগী শংবা লমদোমদা
শন্দোকখ্রি তন্না
ঙমখৈ নাইত্রবা মুংথিল।
লৌতাংশংগী অহাংবা খোংনাও অনিদা
নিংতম্না পর্দ্দাব হাইদোক্লনা
য়েংলুরি হন্না তাখিদৌরবা নুমিৎতা।
মাংদা ঙমখৈ নাইত্রবা নুংশিবা মমি—
শন্দোকখ্রি নুমিৎকি মঙালসিংগুম
হল্লকলবোইদবা নুংশিবা মমি।
লাইবক্তা হুমাং শিন্থবিবা
থবক শুবিবা শিন্মীশিং
মখোইনা মাংদা কনাগী মুর্ত্তি থম্বগে?
মখোইগী নিশা কনানা হাপ্লগে?
মবুক তপ্লবা নুংশিৎকী ইপোমসিদা
তাওখ্রি উকায় তক্লিবা ট্রেক্টরগী খোঞ্জেলসে
লাপ্না শাৎখ্রবা কোম্বিরৈগী নাপদা....
আদা: পুন্নিং-অতিয়া শম্লনা
অশংবা চিংনা লেপ্লিবা কয়া কুইনা
নিংশিংলিত্রা মাস্থ মপাং কায়নখ্রবা কনা।
নত্তে নহালমুকি মপোক্লগী শুরক্লব থবকনি
য়েংউ নংহৌবরোইদোবা মতমগী মতা য়েংহুনা
নুমিদাংরাই থবক্কী মৈচ্যাং হাপকৎলি।

লম্ফেলপাৎ।

—:(O):—

## ★ পুবিয়ু ঐবু লৈগী দোলাইদা

পুন্সিগী রাখল মুৎখিসন্
ইনাক্তা ভাল্লবা থাওমৈসিনা মুৎপগা,
অমম্বা দর্শনগী ঈশৈ শকলো
চৎলমদাইসিদ' তাজগে নংগী চিনবান মক্তগী।
পুং ঝাল তপ্পা য়্যৈশন্
নংগী ঈশৈহু নেম্নমু শকউ
অতুগা ঐবু পুরশন্ তপ্পা।
লাও খোঙহনা কপকন্
চুদ চুখৎপিয়ু ধূপ থাওমৈহু
ক্লিনখিনবা থরাইনা অহাঙবা মালংদা,
উক্লক্তা তাখ্ৰা
ওলাংথাদা তেংথাখিবা
রাকচিংগী উল্লেনদা কেনখিবা
লৈরাংশিংহু, চোইনা চাইখৎপিয়ু ঈথক্তা
পুবিয়ু অতুগা ঐবু নখোইনা।
অশংবা অতিয়াগী মখাদা
ঐগী নিংঙাইদবা হকচাং পুবিয়ু তপ্পা
লৈগী দোলাই শেমহনা;
সহর কোইনা শক শোম্ন
কপতদি কম্লিগন্ লাওখোংহনা
খোঙকাপ তপ্পা থাংবিদু খুৎশয়মা;

চিরোম চিবোম রায়ী খাবনা
ইংসন কায়নরবা থরাইনা
নংগী নেমলবা ঈশৈহুনা
শন্দোকখ্রগা ওমথৈ নাইদনা
তাওখিসন লৈচিল খোঙনেৎননা
মপোক অমদগী মপোক অমদা,
উন্নরবদি করিগুম্বা অমুক্তু
হৌদোকলশন ঈশৈশিনা মিকুপতুদা
ঈচেল তিন্নরম্বা রারী ;
নংশিবা চরোৎগী থাওহু চাইবীরো হৌজিক্তি হকচাংদা
ভৈবীয়ু মায়দা আতরগী থাও
খিহুনা বেদগী মন্ত্রহু লেপ্তুনা
অরোইবা ওইনা তাজখিগে নংগী চিনরামক্তগী।
পুবিয়ু অহুগা ঐবু তপ্পা
অশংবা অতিয়াগী মথাদা।

তাং ২০।১০।৭৬ ইং

---

★ Khalil Gibran নিংশিংলুবদা

—:(O):—

# শকউ সন্ধ্যাগৌরিগী ঈশৈদো

শকউ সন্ধ্যাগৌরিগী ঈশৈদো
পুন্সিনা অহিং ওইশিল্লকপা খুদিং
হে: তাইবঙমীও: নংহৌররোই,
'হরি হরায়: নম: কৃষ্ণ....'
খঙউ কনাগী মমাক্তা চৎকনি নহাক ?

লোইরবা

